# ইমাতোল

অইবা
চনম কালঞ্জয় মীতৈ

মমল রুপা ২.০০

কোংজবী

## কুমারী রানিতোম্বী

উরিপোক মাওরেমথোং ইম্ফাল

নবেম্বর ১৯৭০

কোপী মশিং ১০০০

নম্ফম– ভি মনিপুর কো-ওপরেটিপ পাব্লিশিং সোসাইটি লিঃ

পুস্তক অইবগী দাইত্তনি

# লাঙ্গোকচবা

ওরাংদা পোম্লবা লৈরাংদো

ওসিদি লৈকা ফম্না শাংকাইরে

ওয়ে তাইবং শিন থুংনা

অহুবু চায়বীঃ— —

ঐহাক লাইরবা মচানি,

লাইর খাংপোকশংহুদা য়াওন য়াতাজরকপনি।

লাইরবগী শিন্থা চাকনিবগী ফিজেৎ শেত্তুনা

লম্বীগা চিদায়দা য়ুমথোং খুদিংদা

নোংমদি ভিক্ষারি নংগী থোঙ্গালদা

লাইরবা নবুংনা মতম অমদা "ইবুংগী ইবেম্মা"

মিংকুপ্তুদা নংনদি ঐগী ভিক্ষা হাপ্পীগদ্রা ?

নত্তে চায়বা :— —

হায়হৈদবা রাফমতু অমুক হন্না পনবীয়ু

লাইরবীগী থোঙ্গালদা ভিক্ষারি ওইথোক্লবনি।

ঐবু ইকাইবা পীবীয়ু তাবদা ভুজুংই হকচাংসে।

ঐহাকপু নংগী নচল অমগুম খনবীবা তারবদি

ঐনা হায়জবা পুম্বা অরেম্বা তারগদ্রা ?

পুন্সিসে নগুংলাংগীদমক্তা লেপচগে।

ইকাইখিবী নুজাগী মপোকনি ওাকপীয়ু।

নিংবা কাইরবী ঐবু নংগী নাক্তা লেংদনা থম্বীয়ু।

চনম কালজয় মীতৈ

# বাহৈ খরদং

শোক ১৯৬২দগী ইমাতোল ইবা হৌজখি। লাইরিক অসি অস্থম লেপ্তুনা ইথরকপ' মতমদা যুমগী ফিভম অমা চারুক্তবদগী মতম খরন্থ লেপখি। ইমাতোল মপুং ফাবা নোভেল অমা ওইদ্রি। চরাংননা লেপ্লিবা মতমত্তুদা লাইরিক ইবা ওমং. প্রবস্থ অইবাশিং অত্তুদি তংতনা য়েংই। ব্রারিমচা শৈরেং কয়া ইরবস্থ ঐগী ব্রাখলদদি নোভেল ইবদা থোইদোক্ল পুক্লিং চংখি। শোক ১৯৬৪গী ফেব্রুয়ারিগী তাং ২১দা ইমাতোল ইবা লোইশিনখে। নোংমগী তংতনা খোংচিল ইশিলকপনা ইমাতোল মপুংফাবা নোভেল অমা ওইরে। মতম অত্তুদা লাইরিক অসিবু মৌতৈ সাহিত্যগী মমুং চলহন্দুনা সমাজদা ফোংদোকপা পাম্লকলে। লাইরবা ইমুংদা পোক্তুনা লাইরিক অমা ওইনা ফোংদোকচবা অরাবনি। মতো করম্ন লাইরিক অসি ফোংগদগে হায়দুনা তংতনা থনখি। য়াম্না নোনা ইমাতোল ইথিবগা লোইননা মথং মথং নোভেল কয়া ফোংজরে।

ঐগী "ইমাতোল" হায়বা নোভেল ফোংবা ওমদত্তুনা লৈরুরবনি। অত্তুবু অশাগী মঙাল অমদি উরে। শোক ১৯৬৯-৭০দা মনিপুর গভর্নমেন্টনা লাইরিক অসি ফোংনবগীদমক্তা ইথেং পাংবীরে মসিগীদমক্তা ওইনা মনিপুর শিক্ষা বিভাকপু ইকাই খুম্নবা উৎচ্চার। অইবদা খুদোং চানবগীদমক খুদিংমক্তা তেং বাংবীগনি নিংঙৈ।

কালঞ্জয়

তাং ১। ৯। ৭০ ইং

# ইমাতোল

## লুহোংবা কায়বা

অয়ুক্পি

নিংথিবী লৈরাং কয়াম্ব হাইন হুম্ন থম্মোয় মকা লামজরি। পোম্বী চেক্লা কয়াম্ব পামেল ফৈরাথক্তা তোংহনা মুংশি মীংখে শোজরি। নৌনা য়েম্লিং হুল্লকপা চৌংগী হাওনারক্তা শক্তি মচাশিংস্ব মনিংতম্না চেন চোংহনা শান্নজরি। অদুবু পোম্বা য়োকপী চেক্লানা মখোংদা ঝিঞ্জুর থাংলিঙৈ, মতারোই কয়ানা অহাংবা অতিয়াদা মনিংতম্না পাইবা উবগা থম্মোয় শোক্লা তেংথারি। নিংঙমদনা মপূগী য়াকা য়েং! য়োংকী বার অকোম্বা থিহনা পাইথোকচগেত্তা খোরাংজবগুম মমা অতোম্বীনা য়োকচবী প্রেমিলা মতৌ করম্না নাম্থোকদগে হায়দুনা মতমগী খোংলৈতবু য়েংজরি। মমাম্নবী হৌমিন কামিম্নরকপী কয়াগী মাংদ মুংশিদ মুংশি শাসিম্না, তাংখোরকপা বাহৈ খোনফম্না থম্মোয় শোক্লবী প্রেমিলা খোংকাপ অমতং কান্থোকচনবগী থুদোংচাবা ফংজখিদ্রে।

মুমিং অসি প্রেমিলাগী লুহোংবা মুমিংনি। লৈকায়গী অহলনমন, মরুপ মপাং কয়ানা থবক ইঙ্গাং কয়া নোম্লরি। খরনা মান্দোপ খল্লি, খরনা ফরুচিংবা ফীরাংজি কয়াস্থ পুরক্লুনা থম্লরি। থবক নোম্লিবা মীগী মখোলনে, মাইক্কী মখোলনে, মফম অসি পুম্লিল নিলখরে। মমাম্লবী মতারোই কয়াস্থ ঙমজ-ঙমজবী পোৎপাং পুত্থনা প্রেমিলাবু উনব লাকলি। মমাম্লবী মতারোই কয়াবু উরগা নোহোনা নিংঙমদ পীরাং শিন্থরি। প্রেমিলাগী নিংথিরবী শক্তম, ঙোরবা মাইথোং, তাথরকপা চায়কং, শজি মিতা মানবী লুরবা মিৎস্না থম্লাল, য়েংবদা পুক্লিং হুরবা তবা তবারবা চিনবাল-নিংঙমদবগী মৈচাক্লা পীগী ঈহোনা, মপুম থিংনা চোৎলবা শারবা কালেন মুংশানা য়ৈবগুম; ঙোরবা থজাই অনি অত্থু তঙাং তঙাং থরে। লুরবা মিৎস্না থম্লাল অনিদগী চেন্থরকপা লাইজনা খুদাং পিফম ওইত্থনা তবোপ তবোপ্লবা লফু লায়োনগুম নৌরবা খুদাং অত্থু পিগী ঈরিক্লা পুমচোৎ চোংখরে। মতম শাংনা চরক থরুক্লুবী প্রেমীলাগী কংশিল্লবা হকচাংস্থ তবা তবা য়েংবদা থোইনা হেন্নত্থুম নিংথিরবা শক্তম অমা ওইরি।

মতমনা অস্থুম হোৎথিবনা লৈকায়গী অহল-লমন, মরুপ মপাং কয়াস্থ তিল্লরে। সংক্রুস্তন হোৎথিবগা লোয়ননা লৈকায়গী মরুপ মপীজা কয়াস্থ লাক্লিবা ভাবোক কয়াগী সেবা তৌত্থনা কোংচেন চেল্লি। মমানাঃ- "ফি শেৎলসি, নখোং-নখুৎ হামদোক-লুবে' হায়রক্লবদা প্রেমিলাগী মম্লবা থম্মোয়দা আশাগী মঙাল অমাপ্লওরকখি। থোঙ হাম্না হাম্না "ঐবু চৎলসিরা!" কদি অমুক থাদৈ লাওকাপ অমা অনি অমুক থাংই। "কনাগুম্বনা উথ্রু বদি !!

অস্থুম্না পুক্নিংদা লাংতক্নরিবৈ মমানা মাবু ইবুংদা পুশিনখ্রে। ইমুং হেক য়োবদা চোংখৎচবকপদ ভায়রি। প্রেমশাগী নোরবা অশাগী ময়োন্দো মপানমরা য়াওনা হক্কোবপদা ভাখি। মুংশিরবা বেলগী খোঞ্জেলনা বর লাক্লে হায়বা তাররে। মিকুপ অমত্তা থাদোক্তনা ভাক শেন্দুনা লৈরম্বা মমানা মযা ওকপা থোকখৎবদা প্রেমিশাগী 'বোয়না খৌনম্ব লাক্লে' লৈবিনা মীযামত্থু কনাস্থু উদবগুম মনিংথোলোনদা থোকখ্রে, অদোমদা হৈথোক্লনি, কদাইদা চৎকনি!! থম্বব নংদমক্তৈ শক্নন মখাং হে বক্লে মিকুপ অমত্তা পস্থনবগী মতম লৈতনা হৈংবংনা হুৎ থিংজংফম লৈত্রবা খুরবা শম্বল অত্থু ভানোরবা খুবাকনা হায়দোক্লুম থোকখ্রে। মুপী ওইবীগী অরোইবী খোনাদ তিংবংবু লশংগুম্না থোং নোইহল্লি।

ইমুংলোমদগী "মুপী মাংখ্রে" হায়বা খোঞ্জেন্না কোয়লাং লাওনরক্লে। "করিনোনে হায়রিবা অসিবো? হৌজিক্নু কৈন্যা মাওখ্রবা!! থিমু থিমু কদোমদা চৎখিবনো, কদাইদা লিংথোক খিবনো?" মান্দোপ ময়ায়দ ফমহুনা লৈরম্ব ভাবোক পুন্নমকত্থু কোযচেন চেন্দুনা কৈন্যা থিবা চাংনরি। অমগা অমগা মকম মরং খওনহে। মীতৈগী লিংজেন মান্নরবা অহোবা কীজেৎনা লৈরক খুল্লক য়ুমথোং য়ুমলক খুদিং পুমচাই চাইখ্রে।

ফনা থেংজিল্লকলে মুপী যংবগী অশা লৈত্রবা নুপা ময়ুমগী মীশিং মমিংতা 'ঈ' কাবমক্তৈ শাওনরকলে। রাইহে খোন্দা অথীবা শীজিন্নহুনা চাওবা হৌবক্লে পৈশানা ময়া লৌবিবা মশানা য়াত্রপা য়াদে হায়বীববাদ পৈশাস্থু তিংলথোইদবনি। ইকায়বস্থু নংলোইদবনি। পু-পাং শুবা মচা ফাওবা মমা মপাবু ভোক্নন্নরব মতমসিদবু শগোল

লয়োল শামু লায়োনশিনা য়োকপা অঙাংনবু কয়া যূগোৎ চাশিল্ল-
গবনো। নুপা মশীং থংদমখৈ অতোম্বী ওইরুরবা মমাসিস্নু
কদাইদগী অরাইবা ওইরমগদগেদা। মমিংমক্লা রুহিনি কৌশিল্লে।
অসুমা ঙাংন— ঙাংনদুনা অমমম অ'নি চৎনখিবনা অত্তায় ওইবা
মী থরদ ঙায়হৌরে। মাঙোপ ময়াইদ লৈরিবা অঙাঙবা
ফিরাংজিনা লৈতেংলবা লুহোং ফাল ফম্লিবা বর অদুসু নিংথিনা
অমুক্তা মমাই অদু হাইগৎকুনা ফম্বা ঙমজদ্রে। মরাইবক্তগী
তারকপা হুমাংনা মমাই অদু পুমলুপ লুপখ্রে। কনানবু থঙবনো
মপিস্নু য়াওরবরা কৈনো! বর শেন্নবা অহল অদুসু হুমাং
তৈথোকপা হোৎনবা মক্তদা থুদাং অদুশিথরে নাম্থোক্লব উপাই
য়েংলক্লে। পূরিৎ ঐজ্জাদা ইঙ্গিত অমা তৌরম্লগা মান্দোপ
ময়াইদগী থোকখ্রে। ঐজ্জাদুসু ভসাইদগী চেননিংলম্লবনিনা বর
শেন্নবগী ইঙ্গিৎ ফংবদগী কিরু-কিরু য়েংলম্লগা থোকখ্রে। অদুবু
মরায়বুক থীরবা বর শেন্নবা অহল অদুদি নুপা অমনা তাম্লরক্তুনা
"বরদদি য়ুম য়ৌবিয়ু" হায়দুনা পুখ্রে। পুরিৎ ঐজ্জা অদুদি
তিঙক-তিঙক য়েংদুনা "মাগীদি মফখ্রেসে, ঐবু নামৎ মাঙবা
তারবরান? ঙাইহাকসু কোয়েং য়েংই। কনাসু উদ্রবদা মখোম্নগী
থবক অসিতদি শুক্রতৌমক মথৌররোই হায়দুনা মুরুম মুরুম
শোন্দুনা চৎথি।

অশাওবনা লাকহৎখ্রবা নুপা ময়ুমগী নুপী থরনা শাথিনা
ফূরব রুহিনা জ্ঞান মাঙলদুনা লৈমাইথক্তা তুখ্রে। মসিনসু পেনবা
নত্তে, মথরাই ফাওবা লোথোকদবনি।" হায়দুনা অশাওবা অমসুং
ইকায়বগী পূবদা রারবা পোৎলুম অদুগা লোয়ননা বরগী থোঙবু

অদুদুস্ত হনখ্রে। ক্লহিনিনা জ্ঞান তারকপদদি কনাস্ত লৈরমদ্রে। "করিস্ত লৈত্রবা মুপীমচা মহাক্সা ঐবু মীয়াম মমাঙদা চঙহাৎ হাৎলম্নগা চেনখিবা খঙলোইদ্রেদো, ক্লহিনি' ঐগী ইগুন।"

শাদানবনা তাম্নরক্লবী শক্তি অমোম্না মমিৎ-মনা তথক তথক অশোংবা নারক্তা চোংশিনখিবগুম, প্রেমিলানা খুরবা থোংনাও অমদা লিংশিনখ্রে, ইমুং য়োরবদা স্বর শংনা হোন্দোকচৈ মপান্দা নিল-খোংবগী মশোল অদু তাবদ' নিংদোলগী মিহুনস্ত খোঙ্গেল থোক্লা চোংলি। লেপ-পো থুম্নবা রাখনগী ইরোলমুংদা ইরারুরবী প্রেমিলানি। "মতৌ করম্না য়ুম অসিদগী থোকনি থোকখ্রগা কমদোবা!" তরেৎ-তরা থোক্লা খন্থগ নংহোদ্রে। থংনবা কা অদুদা থোং হংদোকপগী খোঙ্গেল অমা তাখি। পম্থবা তৌদনা প্রেমিলা অমুক হন্না থোংনাও অদুদা চোংথোকখরে। থামম্বব ওইরবদি খরস্ত ফগদবা, থাবলনা ককচেং চৎপা উবা মতমনি। তেংবানবা পুম্বসে চংজফম লৈত্রবী প্রেমিলাগী য়েক্লবতা ওইখরবোই।

অয়ুককুম ঙাল্লবা মতমসিদা থাপ্পা চৎনবগী থৌনা লৈজদ্রহুনা মনাক নকপা চক্ল ইকু অমগী মরুমদা চংশিনহুনা লোৎখরে। চুবা মোনখাংনরুবদা থোকইবা থৌদোক পুম্না মংগুম্না নীংখরে। অমুকস্ত মতোমতা কিজবনা মমিং চেজেং উইশিন্দুনা থাঙজে।

অহিং মতম ওইরক্লে। খোংজোমম্নুবীস্ত কোক্কোন লোমখ্রে। থাজস্ত নোংচুপ চীংদোল নকশিলখ্রে। ঙসাইমখৈ হাই-হুম্নম্বা উপাল রাপালশিংস্ত নিত্রা লাইরেন্সীনা গুম্বীখরব্রা লাইবক থীবী প্রেমিলাগী অরাবা উত্থনা। অহীং কোইবা মালংবগী লিরি ইপোমদা লুহোংবা কুইত্রিবী মুপীগুদ তাশিন খোমজিবতনা মথৌ ওইরবী প্রেমিলা চক্ল ইকু মরুমদগী থোরকই। খোংথাং

মখোল থোকহন্দে হায়ন্দা মঙাইরে. থম্মোয়গী মীপাইবা শরুক অহুদি মাওখিবা লৈত্রি। পাঙ্গল শোননী মুন্দানি, মখোঙ থাংজৈ হায়বদা মত্তাইরে মঙম শান্দ্রবীন। তপ্পা তপ্পা প্রেমিলা থোঙ্গাল অমদা চংশিল্লক্লি। মাঙ্গোলদা মী লৈবগী মওংদ চিংনবা অমগা লোয়ননা শুমাং মযায়দা ভাইহাকস্থু লেপ্লে অচূম্বমক্তি, চিংনবিবা অহু; য়ুম্বু অহুস্থু হৌজিক ফাওবা লুহোংবা কায়বগী গ্রাফম অহুমক্তা ভাইহাক্ত পোত্থাফম থঙহন্দ্রবনি। মহাকস্থু চিংনখি "নুপীমচা অহু মফম অসিদা লাকপা য়াই।" রাখল অসিমকস্থু মহাকপু অহুম ফমথহল্লবনি। শুমংদা লেপ্পুনা লৈরিবা মূর্ত্তি অহুবু উবদা চিংনরম্বা থুদিংমক শোইদ্রে নীংখরে ঐগী য়ুমদা লাক্লগা মাগী অরাবা কোকচপনি হায়দুনা চংজরক্লবী, কনাগুম্বনস্থু ভাম্বরক্লবরা মশা অসিস্থু ইফিং– ফিংই। অস্থুন্না খল্লদুনা মস্থুরেল অহুনা হৌগস্তুনা "ইবেম্মা করিগী অমুক লেপ্পুনা লৈবি, ইমুংদা চংলসি লাকও।" খোজেল অসি তাবদা থীংবা ঙমহৌদ্রবা মিৎলু নাপোম অনিগী চেম্বরকপা পীরাং, ইরোয়ননা "পাবু।" হায়না হিক-হিক লাওবা রাহেনা প্রেমিলা অহল অহুগী মখোংদা তুখরে। "তোক্লো. তোক্লো ইবেম্মা ইপা লৈরি, ক'ব অমত্তা চিংনগনু হৌখরবদি হৌখরে চংলসি লাকও' হায়দুনা কোনখৎপাদুনা মখুংদা পূশিনখরে।

* * * * • * * * *

নাল্লবা কা মচা অমদা চন্দ্র অমস্থং বসন্ত মমাওদা অচা অথক খরগা লোয়ননা হরাও তয়াম্না নোক্লুনা লৈরি। মতম অসিদা মেম্মা মখুক্তা চিঠি অমা পায়দুনা কা অহুদা চংলকই। চন্দ্রনা— "মেম্মা। নঙ লাকইবরা চঙলকউ চৌকিসিদা ফম্মোলাও।" মেম্মা

চঙশিল্লক্লুনা মখুত্তা পায়রিবা চিঠী অদু চন্দ্রদা পীরম্মী। চিঠী অদু চন্দ্রনা মতোমতা মুরুম-মুরুম পারি। বসন্ত চঙশিন্দুনা মুন্না য়েংলি। মেম্মনা — "ঐস্থ তাব য়াদবা জাংলা, নখোয়ত্তা লোন্না পারিবা অদুবু খর লাউনা পারকউবা।" চন্দ্রনা চিঠি অদু খোজেল খোক্না পারকই। প্রেমিলা লুহোংবা কাম্নবগী রাফম অসি তাবদা "করি থোক্লগবা, বসন্তগী খোম্থোক্লুবা থম্মোয় নুংগী রাহৈনি। "ঐগী আশা কায়রগদ্রা খনবত্তনা কা অদুদা মিংকুপ অমত্তা পম্থনা লৈবা ঙমলক্কে। থম্মোয়নুংদগী ওমচাক্লরবা রাথসনি। চন্দ্রনা অতোপ্পা মরুপ অমা ওইবম্লবদি বসন্তগী থম্মোয়নুংগী অরাবসি ফোংদোক্লুনা খর মখৈস্থ ময়েং তাজরমগদবনি। চিঠি অসি পাক্লরগা অশাংবা মুংশা মপী অমা শাংনা হোনদোক্লগা মমাম অদু লুকথদুনা লৈখরে। ফনা কুইনা তুমিন-তুমিন লৈক্লরবা মতুংদা বসন্ত তপ্না তপ্না মাগী কাদা চঙখরে। মেম্মান হংলকই—"করম তৌবা তারে চন্দ্রা" ঐ খনকম খঙদ্রে। ফরে মেম্মা ঐন চংশ্রবা মতুংদা অরেম্বদা মতম মাঙহনগন্থ, পরিক্ষা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বসি ছাত্রগী মথৌনি।

# অহীংদা প্রেমিলা

লুহোংবা কায়বা মুমিৎ অত্থুদগী শাওবনা লৈকম চাকম খঙড্রবী রুহিনিনি। মীনস্থু মমা পোক্কবী হায়রুনা "য়া, লাওখ্রবীনি ! ইকায়বনা মপাল থোকপা ঙমদ্রবস্থু মপূক্লিংদদি প্রেমিলাবু নমথুনা লুহোংখিগনি লেপ্লিবীনি। "রুহিনি ঐগী খুৎশিন্দা করিস্থু লৈত্রবী মাগুম্বনস্থু অথুক চঙউবা সংকর্ত্তম অমবু থুগাইরম্লগা লোংখিবা মবুং অথুদস্থু তাক্লোই. ওক্কবী মানা লৈরম্বা ইমুং অথুস্থু মরূ ফংনা মুথৎকে, পৈশাবু লৈরবদা রুহিনি ঐনা তৌবা থমকপু ঙমলোইদবা করি লৈবগে। লিন অমোম রুহিনিগী লেপথরবা বাখলনি।

রুহিনিগী চিন্থোক্কগী "প্রেমিলাবু লৈরম্বা ইমুং অথু মরূ ফংনা মুৎথৎকনি, য়ুম মৈ থাথুনা তানগনি, হায়বা বাকমসিনা খুলসি পুম্লিল নিলখরে। রুহিনিগী তমথীরবা বাহৈশিংসি তোম্বস্থু তাদবা নত্তে। নোংমা হায়ঙম তৌঙমদ্রবী রুহিনীনা। তোম্বগী ময়ুদা লাক্কুনা প্রেমিলা পুথোরকউ হায়থুনা পৈশাগী মীহোবা উৎলি। রুহিনিগী মশক উবদা শাউবনা ঈ কারবা তোম্বা মমিৎ অনিথুনা চাথোক্কদোবগুম য়েংলগা করেম্নরকই — "ইবেম্মা রুহিনী নঙনা ঐঙোন্দা নচামুপী প্রেমিলা পীয়ু হায়রিবা অসিবু ঐনা ফাথুনা থম্বরনে ? নৎত্রে হায়রগা ঐবু উশিং থওইদথুনা তৌরিবরা ? মতুংদা অমুক ঐগী য়ুমদা চংলক লাক্কমুকো মী

উরগা রা তান্নবা মানখিনি। চৎলো ইবেম্মা শাউন্নকো ইবেম্মা।"
নোংমা ভুমিং অমত্তসু হৰাউ তয়াম্না লৈগবা ফংজন্নবা প্রেমি-
লা; কহিনীগী মখুত্তদদি য়োৎহল্লবোই কায়বা অসি তোম্বগী অরে-
প্পা পুকচেলনি। উপায় লৈজদ্রগী কহিনা রা শাংথনা ভাওনবগী
তাঙ্গা ফংত্রত্নুনা তোম্বগী ময়ুমদগী শাওনা হনখি।

থেংলবা অহীংগী মতমনি। থাজত অতিয়াদা লংনা ভাল্লি।
মুংথিলগী মৈশানা পথরুরবা লৈরাং কয়াসু নোংভাল্লমদাই লিক্লাগী
ইপোম, মালং শহুমদা হাইনা ভুম্না শন্নজরি। মতম অসিদা
প্রেমিলা মাঙ্গোল কাচিন্দা লেপ্পুনা লৈরি, শুম্মাং য়োগে মখল্লি,
থম্মরুরগা মশা অত্থু শ্বাই-শ্বাই লাউই। দারীদগী খোংকাপ অমা
ফাওবা কাম্বোকচবা ভমদে। পোমশাংনবী লৈরাং কয়ানা শুম্মাং-
চীদাইদ, মালং তাস্থা চানা জগোয় খুংথেক তম্নরি। উকৈথক্তা
য়াতারিবা অহীং চেক্লশিংনা য়াওনবদা—মখোক লোয়রবা উনা-
শিংনা কেল্লকপগী শ্রোৎ-প্রেক খোঞ্জেলগা লোয়ননা লৈমায়থক্তা
তারকলি। পুম্নমকসি য়েংলুদ্রগা প্রেমিলা তপ্প তপ্প শুমাং মতোল
য়েরক্লে। মালং শহুম ফংলবী লৈরাং কয়াগী শকমদি তনো-তনৌ
মউরি; অদুবু মালংশহুম ফংলবী প্রেমিলাগী থম্মোয়দি যম মমশা
থাংবক্তম ওইররি। থাংকম লৈকম থত্তরবদা অমুকসু চংশিম্নুনা
দারীদা ফমজুরি। লোম্বোক্তুবা থম্মোংমুংদা বসন্তবু তত্তনা
নীংশিংলি। "অদুবুভে মানা ঐবু লাইরিক তম্বীরিভৈ মতমদা নীবি-
রম্বা রারী মহাক্কী নীংশিংলয়রোইদ্র?" হৌখিবা থৌদোকী

য়ারী কয়ানা লম্'জং ওইরবদা খা:মদনা মচিন্দ মূরুম-মূরুম শো-ন্দুনা মিৎলু পীরাং ইহৌরক্লে।

অহাহনি, অয়াবা মুজা ওইবী মাগী পূন্সিসে, য়ানা লেলু তমখ্রবোই। শেনগী ময়াইনা ঈরাক্লরবা মীহুদি অশোন-অনা খায়বীদে! হুবানবগী শক্তমদা লাক্লগা মীওয়শিং অহুনা প্রেমিলাগী মচীন মেনশিনক্লে। পাঙ্গল শোনবী মুজাগী নাম্বোক্লবা উপায় লৈখিদ্রে। থেঙলবা অচৌবী মতম ওইবনা কনানসু মাগীদমক লেপ্পিরদ্রে। য়াহৈ খোন্দা নু'শিরগী মমা রুহিনীগা মখুত্তদি য়ৌর-য়োই খঞ্জরম্বীনি; অবু মীন্যংশি খণ্ডবা হুরানর্মশিং অহুগী মখুত্তগী নাম্বোকপা ভমজদ্রবী প্রেমিলা মমা পোক্তবীগী মখুৎ য়ৌক্লে। য়াঙাং হৈবী রুহিনীনা অমুক নোপ অমুক লাওহং প্রেমলাগী মবুক ফানবা হোংবি। × × × ×

কায়খত লুহোংবহুদা বর ওইরম্বা মুপাহুগী মমিং কুমার কৌই। মরক-মথুম য়াম্না হৈবা ইনাক খুলবা মচা'ন। মমা মপানা পোকপদনী মোম্লেক মোন্দুম থক্কা য়াওন য়াতাহুনাত লেলকপা পূন্সিনি. মহাক হো'জক উকিল হায়বা মিংথোল অমসু ফংলে। মহাক্কী মশাদা থোয়দোক্লা চাওথোকচরিবা হিরমদি মশাগী অমদি ইমুং মসুংদ. ওৎরক্লিবনি। ফিভম অসিদগী মীমা মাবু মুংশিবগী চং অহুসু হুম্বহল্লি। কনাগুম্বা থরনদি "তাম্মো, য়াম্বং' হায়বা মিঙ্গোনা কুমারবু ইকাই খুম্নরি। অচৌ অশাংগী মচা মশুদা লাইরবা অতোল-অতাং মচান হায়জবা নোঙবা হাবা অসি মহৌশানি। বাকম অসি থম্বনিংঙাই ওইবা য়াকমনি।

ইম্ফাল সহরদা পোক্তুনা মোম্তেক মোন্দুম মথক্তা য়াওন য়াতা-ডুনা নিংথৌ মচাগুম্ম লৈরক্লগা কুমারন। করিগীদমক্তা থুঙ্গংদা পোকপা পু-পাং শুনা ন ওকোলক্তা নুজা অমবু লুহোংডুনা পুন্সি লৈপুন ওইগে থোরাংলমগবা অমিমকস্থ উবিল কুমারগী লেমক্লফমলা।

মতম অমদা কুহিনী হৈ লালোনগী মুগী অমা ওইবম্মী। মহাক্তা তৌজিক লৈরিবা থুল অসিগা থংনবা খুগ অসিদনা মাগী মপামনি। মাগী মরু-মতা, শাইগ নটেে য়েংদা থোইদোক্লা উৱে। মহাক হৌজিক সাইনক থারবা নুখাবী অমন। অমরো-মদা য়েংউরবদি মহাক্তা অল্লাংপা করিস্থ লৈতে হায়না য়াই। মুপী ওইবীগী লমচৎ সয়াজগা। গাংমা লান্না চৎথ বস্থ মহাকপু য়েংশিন-বীনবা মী অসি খুরা তাই। মনাক নকপা থুলশিংদগী মতম মতমগী হৈ থাম্লগা ইম্ফালদা যানবা কমিৎ থুদংগী চৎলি। মতম অসিদ ন কুমার কৌক নুপা অমনা অফিস চৎপা থুদিংগী কুহিনীগা মাংদগী হৈ অমমম চাদনা তৌক্তে। অদুম তৌনা কুমার অমস্থং কহিনী ওথংনথি। এ হনগী হাওাং শওাং অঙ্কমক্তা কুমারগী থমোংদা কাবগুম্ব ইরাং মস্থ পাকহল্লি। মতম থর লৈরগা মহাক্তা মপারাইবা শিথে। মতম অদুদগী কুহিনি হৈ য়োনবা তোকথংগা লোইননা কুমারনা কাহনীবু উবস্থ কংথিদ্রে।

নোংমা কুমারনা অদুম কোয়থোরকপদা থুল অমগী চীদাই ওইদুপ তোনা লৈবা পুখি অমদা মুপী কমা ঈক্লজডুনা

লৈরম্মী। মশা-মউ তনাপ্পী, মখোং চেংলপ তোই, মরেপ্পা ওম-তকনৈ, তোঙনবা শাবান হায়বত্থমক্কি। অদুগী মথক্তা শেৎ-লিবা ফিজোৎন্দু চোংলবনি। নুপী অদু মোমক ওইজরবস্থু লৈশাবী মচাগুম হকচাং' কয়াৎ পুম্বা নীংথিজরিবীনি। চোই-জায়নৎবী শমজাঃ ফাবুন পুনশিল্লহনা, খুৎতা বালটি অমা পায়হনা পুম্থি মনুংদগী ঈংনা তপ্পা খুনাম শিক্কা-শিক্কা কাখৎলকই। কুমার-স্থু মৌনাহানদা হায়ফেৎ মুন্না খেংলগা "খেংবু খেংনরো হায়রবদি ইবা হেক হাদনা মথেংনরেশে।" খোঞ্জেলদু তাবদা নোক্লুক্লা চৎস্বা কুহিনী হুৎ লৈহনা য়েংথোকই। কুমারগী ফিভমদু উবদা নোকফেৎ তোরম্বা মাইখোংদো হায়ফেৎস্থু ইকাইবগী রাখল অমা পোকলকই। "হৈমা! এখোয় ইবুংঙোনা তোরকইবসিবু কদোম-দগী"! কমদম তান্না কাপ্লিবা কুমারগী মায়খোংদা মচানুপী প্রেমি-লাগী মাইথোং উত্তুনা মহাক্কুগী থম্মোয় অদুবুস্থ মীপাইহল্লমই। মশক মতো ফজবী নুপা মচাশিংগী মায়থোং উরগা নুপা ওইবা কয়াগী থম্মোয় খোৎদানফমনি। প্রেমিলাগী মাইখোং উরুবদা কুমারগী থম্মোয়দা মথুম মরাংলক্লে। য়াক্লবা কালেন মুংশাদা ক্বাক্তা খোঞ্জেল কোকিলগী স্বরদগী হেন্না নিংথিখে। মুক্তাগী শমজি নাচোম খায়দারুবা কুমারগী মফমদদি কলক-মিহৌলবা ওমজদ্রে। মহাক্কী থম্মোয়দা মচু শংখ্রবা; অদুতস্থ নত্তনা প্রে-লাগী মাইথোং থম্মোয়গী অক্লাদা চেৎনা থমলি। নুমিৎ অসিদগী প্রেমিলাবু থম্মোয় শোক্লা পামজক্লবন পুন্সিগী লৈপুন শেমজগে নিংখে।

প্রেমিলাতগী খনৎদা কঙাওনরবা কুমার মিৎকুপ অমতবু পোথানবা মতম লৈজখিদে। নোংম-নাংগা হেনগৎলকইবা খম্মোয়গী অরাম্বৈচাক ফোংদোকচগে হোৎ-কবা প্রেমিলাগী মকমদগী ইকাইবা নত্তনা অতৈ ফংলকখিদ্রে। হৌজ-হৌজ কয়া-রক মায়থীরবা ফাওবদা প্রেমিলাগী অশাদি থাদোকপা লৈতে। মশানা য়াদ্রবম্ম মমা রুহিনী লৈবাননা কুমারগী থৌনা হন্দরি। তোয়না চৎলি, রুহিনীগা রাতাম্ম। শেলস্ম তিংব হৌনবদগী হেন্না তিংজৈ। অদুগীস্ম মথক্তা ইনাক কৈরাক খুনবা উকিল কুমারবু ময়ামুপা ওইগে হায়বা অসি রুহিনীগী অরেপ্পা পুক-চেলনি। প্রেমিলাগী রা শুকহং হংদনা কুমারদা লুচোংনবগী রা লোইশিন্নখ্রবনি।

× × × ×

উপায় লৈত্রবী প্রেমিলা মিৎলু নাপোম অনিদা চেম্বরকপা পিরাংনা ইরোইননা নোঙাখ্রবা পলেম-পম্মোবু কৌজবা অমস্তুং অরাম্না মীরৈবাক্তা লৈখ্রবা মবুং অমস্তুং বসন্তবু নীংশিংজবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈজখিদে। শাদানবগী মখুৎ চল্লবা শজি অমোম্না করম্না নাম্মোইদনি। হূইগং ওাংলবা হূইগুম পাম্বৈ লৈজত্রবী প্রেমিলাবু জিপ মপুংদা থাপকৎখে। লরাই-থরাইগী লম্বী হায়-বসিমক্তবু হরাগাড়ানচিংবা চৎনবা খুদোংচাবা থরদি মরাংলি। মমনগা-মথনে হরাগাড়ী অদু কন্না থৌনিংই হায়ববু খুদোংথীবা কয়াদগী তপ্না-তপ্না চৎলি। "কনানবু করি তোরগবনো, ইথুৎ চল্লবা মুপীনি" খন্দুনা — কুমারনা মিৎলু নাপোম অনিদগী

চেম্বরকপা পিরাংতুদবু তৈথোকপীহনা প্রেমিলাগী থম্মোয়বু কা-জিনবা হোৎনরি।

ইম্ফালগী থুল অসি য়েনা লাকপদা চোকথরবা হকচাংনি। থুত্তসু তরং অমা পায়রি। লমজাওদগী হাইজিল্লকপা লম্বী অসি মতেক থরদি অসুক্কী মতিক শুকই। লম্বী অসিদা থাবল কনা করবসু নোংজু পম্বা ওইরবদি কনা মদোম চৎনদে। অদুবু মহাক অদুদি অকিবা তুজুংবা খিবাকপু থওইদনা চংলকলি। অরাপ্পদগী থাউমৈ মঙাল অমনা অমুক-অমুক য়াম্না শাম্না কপ্প-কপসু উরম্মী। রাখলনা ফত্তনগা লাকপনে "করিগুম্বা মসিনা থাঙ্জেশেংনা ওইরম্ব। লোক্লবদি করি উপাই তৌগনি"। লেপত্রবা খোংথাংনা মাং লোমদা চংশিল্লকলি।

"থেঙ্গলবা অহাংগী মতমসিদ লাক্লিবা মুপা অসিবু কনা ওইরিগবা!" চিংনবিঙাই ওইবা রাখলনা গাড়ী অদু কম্না থোনবা থৌরাং তৌরি। মী লাকই হায়দুনসু গাড়ী অদু কম্না থোনবা কুমারগী থোনসু লৈরমদে। অপনবা পীরিবা লম্বী অসিগীদমক্তা নিন্দা তৌবা হৌরক্লবা কুমারনি। "ঐবু রমুক্কা কনবিয়ু" ঐবু রমুক্কা কনবিয়ু" হায়বা নূপীগী খোঞ্জেলনা লম্বী চৎপা অদুগী না-কোংদা মরেক শেংনা য়ৈররে। চিংনবনা হেক্তিল্লক্লুনা খোংথাং অদু কম্না থাংদুনা খোঞ্জেল অদুগী মায়কৈ তম্না চংশিল্লকই। থৌরি হায়বদা মঙায়রে মঙম শাপ্রবা গাড়ীনি। কম্না থোনবা হোৎনবদা চাকা নামা পুখৎখিবদগী গাড়ী অদু থোবা রাপ্রে।

থোনবগী উপায় লৈত্রবা কুমারনা থুত্তা থাঙ অমা পায়দুনা লেপলি। প্রেমিলা গাড়ী মনুংদগী চোংথরব্রবসু মুপা অদুগী

মনাক্তা চংশিনবা নংহৌত্রে। কুমারনা ফাখিবা হানখি। "ঐবু থাদোকউ" — ঐবু থাদোকউ' হায়বা খোঞ্জেল অসিনা খুল অসি পুম্মিল নিলখি। "কদোমদনো মুপীগী য়াক্লবা খোঞ্জেল অসা তারিবা অসিবু।" খুলগী অকল অথৌ কনাস্থ মখুত্তা চৈতুপ অমমম পায়দুনা চেনথোক্লরকলে মী চেনথোক্লরকপগী খোঞ্জেল তাবদা কুমার করি উপায় তৌগ'ন? প্রেমিকাবু থাদোক্তুনা মুপা অমুবু থাওনা থিল্লবগী থৌরাং তৌদুনা চংশিল্লকই। খুৎলাই অমত্তা পায়-রবা মুপা অমু তৌকম খংদনা গাড়ী অমুগী মরুমদা লৈশিন্দুনা থাওলি। খুলগী মী পুন্নমক্লা চৈতুপ পাংদুনা চংশিল্লক্লবদা শিল্লা তারে থল্লদুনা কুমার প্রেমিলবু থাদোক্তুনা চেনখে। ৮

"করিনো খোঞ্জেল অসিদি! তারিবা খোঞ্জেল অসি মুপীগী খোঞ্জেলদমু নত্তুনা মুপাগী খোঞ্জেলমু য়াওরি। থোকখিবদি মনা মকুইরে মুমমক য়ৌত্রবসু য়ৌগদৌরয়ল্লগনি" কুহিনৌগী মীপাই-রবা থগ্নোয়দগী থোরকপা বাখলনি। মশা ওনিক তনিকই। করিগুম্বা মসিনা তশেংনমক ওইরম্লবদি ঐনা করি উপায় তৌ-গনি। করিবু তৌজরগদবনো, কুহিনী ঐনা ইচামুপী থাজববু লৈকাইনা করি তৌগনি "ফাবু ফারক্লবদি কৈন্যা কংথোক্লগা লো-ইরে, থৌমু ইশম হেক শক্ষা করেদ।" মবুং লাকত্রিঙৈ অম্বিদা ঐগী নীংবা থুংলেদো। "ফাবীরকইবা অহল মমনশিং অমুদা দক্ষিনা চাউনা হেক তৌরগ লোইরে।' থাংঙৈশেংনমক থা-দোকখিবা মাল্লগনি খন্দুনা কুহিনী মখোঙ-মখুৎ শৎ তিংথোক্তুনা তেংথা-নাওইরক্লে।

খুদলগী অহল-লমন কয়াগা লোয়ননা প্রেমিলা ময়ুমদা চঙ-লক্লে। রুহিনীনা কপ্পা তাবদা ময়াম অদু থীক-থীক নোকই। য়ুম য়ৌরক্লবদা রুহিনীনা মুংশিদ-মুংশি শাশিন্নদুনা প্রেমিলাবু কোন্দুনা কপলি। হন্না য়েংথোরকপদদি কুমার হাওরকপা উদে। অদুবু মশক খংদবা মুপা অমদি হাওরি। থাঙেশেংনা মুপা অদু মশক খঙদে। করিগীদমক রুহিনীনা মুপা অদু মশক খঙদ্রিবনো? তশেংবদি খঙফম থোকই। অদুম্নদি ওইরগা লাক-ইবা মুপা অসি মশা মউ য়ান্না নাল্লি। ময়ামদগী তোপ তোপ্পা মকোক্তসু টুপী অমা উপলি। শাবান-মূর্ত্তি য়েংশুরগদি হাইফেৎসু চিংনৈ। লাকইবা মতম অসিনা চান্নবনিনা খুদলগী শকখঙদবা পাখং অমনি খন্দুনা চীংনবা পুম্বা থাদোকখ্রে। প্রেমিলাবু হাইহে খোন্দা অথীবা শীজিন্নদুনা চৈবা হোৎকক্লে। "ইবেম্মা প্রেমিলা নঙ অসি ওহোক্লদি তৌবা ঙমইদা, করি নতিক লৈদুনা নমা ঐনা শীনবা থৌরাংবু তরাই-তরাই হেক থুগায়রিবা। নবুংঙো অদুদা লৈবদি নরাইবক ফবা'ন। খঙলেদনা -- নবুং অদুমা লাইরিক ভবা হেক চংখিবদগী; নবুংঙো অদুগী মপান্দগী ঐখোয়না মুগা-ইরিবা অসি নমিংনা উরিবা নত্রা — ? মশক-মতৌ হেক্লেই করিদা বাংলি, মরল-মথুম য়েংলুরবসু নঙগুম্বা লরায় নিঙোল অমনা নপুক্সিদা কংলবোইদবনি। মশামকসু উকিল অমা ওই-রিবনি। অহল ওইরে হান্নরবসু মানা য়ামগে হায়না য়ামলবদা চহি কুম্ন্ৰামঙাগুম্বা মঙাইনা। নবুঙ অদুনা নঙবু থাজবদা অসি-গুম্বা মুপা অমত্তা কংলরোইদবনি। কপকনু তানিংদে। নঙগী

শিখ্রবা নমা নপা অহুনা করিমত্তা হোৎনবীববা পোং নংতে। পুন্নমক অসি ইবল তি লিবনি।" প্রেমিলা অস্নম তুমিন্না লৈরম্বদগী রুহিনীগী মীচৈ অহু খাওবা ওমলক্রুনা— 'করিস্নু লৈত্রবী নওগুম্বিনস্নু ইমাবু পন্দুনা চৈবা, ঐবু মীনাইগুম্না খন্নবদি ; নওগী নমা-নপা অহুনা লৈহুনা থনম্বা মীনাইরা -? মুপীমচা ঐগী ইগুন য়েংউসে --" অসি হায়রহুনা রুহিনীগী তুংলোমদা হাইথরকপা শম্নাংহু পায়হুন' চিংবা হোৎক্লে। "খওলত্রা ওক্তবী, নওদি ইমা হায়নস্নু কৌনিংদে; নওগী নগুনস্নু লোয়না খওই। লৈবগী লৈব' নও অহুম লৈজরুরো। নওনা ঐবু চাফম থকফম খুওদনা অহাং মীৎশেন খাওহুনা মীত্তগী পি তাহনবা, রাওাং খুদিংদা পলেম ইমাবু পন্দুনা রাওাংবা চৎক্রো চৎলু নশক অহু য়েংনিংদে।" মওকশম পায়হুনা ইনবদা তুখ্রবা রুহিনী অকীবগী শকফমদা ভৈরিবীগী মতোগুম; মখুত্তা চৈ অমা পায়হুনা "নংগুম্বনস্নু চৎখে্রা কাস্নু হায়জবা শারিয়ে, নখোয়' নপা-মপুনা থনম্বা য়ুম্ফমদোনা, মুংঙাইবীরেদা ইবেম্মা, নবুংঙো কুমার অহুনা লৈখ্রবা ইঙ্খোলনি খওলবরা-? নবুও অহু লাক্নুনস্নু য়েৎপা ওম্নারোইদবনি। মখুত্ত পায়রিবা চৈ অহুনা প্রেমিলাবু ফুগে থাংগৎলি। ওসাই মথৈ তুমিন্না তাহুনা লৈরম্বা মশক খওদ্রবা মুপা অহুনা মকোক্তগী টুপী অহু লোথোক্লুনা --,'ইচনগী মশা হেক শোকপদা নথরাই অহু মাওগদবনি।" খোঞ্জেল অহু তাবদা রুহিনী মখুত্তগী চৈ তাখিবা খওহোদে !! ইমাতোল ঐ অসি কনানো খওলবরা, ঐনা ইচল প্রেমিলাবু নখুত্তা শিন্নরম্বদি অসিন্না? করিস্নু

লৈত্রবা রাকম অমগী দমক্কবু পলেম-পম্বোবু পন্দুনা হেক মঙাংবা ইমা-ইপা পূ-পাং শুত্রবস্থু চাওথোক চাওনা মবুং অমা লৈরি হায়বা অসি ইমাতোলবু নিংশিংবীত্রা ? অদুগা ইমা-ইপানা থনম্বা লৌরি ইখোলবু ইমাতোলহোইগী অহল-লমন্না উনবীরকপা অউনপোংলা ? ইমাতোল !! মফম অসিদা মতম শাংনা লৈবদি রাহৈ খোল-ন্দা অথীবা তাবা ফংবা নত্তনা করিস্থু কান্নবা ফংলোই। ঐস্থু অদুক য়াম্না অথীবা রাহৈ শীজিন্ননিংঙ্গে, লেংবীরো, লেংবীরো ইমাতোল।"

"ইপাগী ইবেম্মা প্রেমিলা, মঙকশম অসি পায়রদুনা ইল্লু।" খোপ্পেল অসি তাবদা চন্দ্রনা য়েংথোকরকপদদি তোম্বা ওইরম্লে। চন্দ্র চংশিন্দুনা "প্যাবুং" হায়না খুরুমই। "ইপাগী ইবুংঙো চন্দ্রা, য়েংঙু নঙগী নমা রুহিনী অসিনা নচল প্রেমিলাগী মাঙনবা শীল্লবনি। নহালস্থু লুহোংগনি ঙোবদা কায়রহুনা; নচলনা ঐগী ইনাক্তা লৈরবা সুমিং হুমনি শুরবনি। অহিং অসিদা করম্নবু পুথিবনো খঙহোম্রে, হুরানবী আসনা। করি য়েংলি প্রেমিলা ইপানা হায়রিবা অসি ইল্লু। মঙকশম অসি পায়দুনা লমজাও তন্না ইম্থোকখো " ক'রি উপাই লৈগনি, রাহৈ খুদিংদা পাওখুম অমত্তা পীবা ঙম্মখিদ্রে।"মফম অসিদা নঙগী অধিকার লৈত্রে, নঙনা ইনাকখুনবা পৈশা পায়বা নুপা তিন্নবা পাম্বদো নপামদ হেক লৈরগা তিন্নজরুরো" খোয়দো শীকপা তোম্বগী রাঙাংনি। রুহিনী করিগুম্বা পোৎশক অমা লৌনিংবগী মতৌগুম মঙম শান্দ্রবা খোংথাং অদু ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরিঙৈ —"কান্নররোই

ইবেম্মা. নপামদগী করি অউনপোৎ পুরক্কুনা লোৌগে খল্লিবনো ? নত্তে ইবেম্মা নঙগীসিবু ইখোল কোকথোং নাহুনা পুবিগে খনবীরিবরো ? চৎলো চৎলো খরখিং থুনা; নশক অহু য়েংনিংদ্রে।

ওক্কবী শিংদ চল্লবী, কুহিনী কনা হন্না য়েংবদা মাগীনি হায়বা লৈখিদ্রে। তমথিরবা লিস অমোমগুম নিংথৌরবী কুহিনীগী শক্তম্ব উরগা মীপূম খুদিংনা তূক্কচনখে। করিবু হায়না প্রমান তৌগনি, কুহিনাগী শাবানসি হেক উবদা তুজুংবা অমা পোকই। মমিৎ য়ুংয়াৎনবী মচানবান কাঙবা, মমায়না শগোল মায়ঙ্গা তাবী, ঙাংথোরকপা রাহে খানথম্মা খোহু লুংগাই হুনগুম্বী, অমুকম্মু নৌথোরকপা রাহৈনা মরোল থোকত্রিবা অঙাংগী শৈশক্লি। "শক ফজবী ঐহাক্ক, ঐনা তৌবা খবক্কা অফবনি" খঞ্জরিবীনি। মনেম-মকুগী মফমদম্মু লমচৎ মেব্যহার লৈতে। মরা মপুরোইবা লৈরিদেম্মু ইমুং মহা লাঙবনা মাগী মথৌ ওইজরিবনি। লৈকায়গী নহারোল লৈশাবীশিংগা মমাম্নবী ওইহুনা, রাচোপ-রারেম ঙাঙনহুনা মতম লেনজবীনি। মহৈদি হৈতনা অহৈ শাজনিংবাদ—নাতোমচাবা লৈরানা অদর গুলাপ শাহুনা লৈরিঙৈ খোইম্নু কয়া পাইরকপদা মিচনা পাখোং-চঞ্জগুমনি। মীনা হায়নে "হীংচাবা অসিগী মথুঙ্গা মনেম মকুদ নত্তনা মপুরোইবা ফাওবা তুমখ্রবান।" মাগী মুংঙাইনবা হোৎনবদা মা কয়াগী থম্মোয় গুমহৎলবীনি। লৈকায় য়ুমং লোন কয়াদা কোয়না চৎতুনা কনানা করি তৌরিবগে, কদায়-দনা মী য়াম্না পুনবগে খিজবতনা মথৌ ওইজবীনি।

অসিগুম্ব্রি রুহিনা যুম্নুদগী মমায় লুকথনা তপ্পা তপ্পা থোকখে। কোম্বোং হেক লাম্থোকখিবগা করিস্সু থৌশাবাদনা ফেৎ-ফেৎ হাইদুনা চৎখি। খঙলোইম্বদো অতোম্বা ঐগী ইগুণ, করিস্সু লৈত্রগা লমজ্ঞা মন ঐবু ইকায়বা পীদুনা তাম্থোকপা; ঐনা শিনবা থৌশিন্দ মাগী তোম্বা হায়বসিনা চয়েৎ-খোয়েৎ-নবা, ঐগী ইগুণ খঙহনগে। তোম্বা' শাগৈ মুৎথৎকে লমজা মচা মরু নুংদ তাক্কে। হুরানবা খুৎপু লিংদুনা থমগে মনা করিদ হে-গান। ওম্থোক্লস্সু থীনা ঙাংনরবোই — রুহিনী নুং-নুংজাও অমদা খুদ হেক থাজিল্লি। অহৌংনগা ভুম্নকম্লে, লম্নগা শাংনা চৎলকপনে, চোকথরবা হকচাংদো তুখিবদগী হৌগৎপা ঙখিম্রে।

কুমারনা উবে, চঙশিন্দুনা য়েংই। রুহিনীনি হায়বা খঙলে। "মানবু ফুরিবরা নত্রগা চোকথবদগী ব্রান্থরিবরা?" জ্ঞান তাম্রবা রুহিনীগী মশা অদু ফৈবম্না জীপ মনুংদা থাঙৎপীরে। কুমারনা গাড়া থোনা থোন খল্লি। "ময়ুমদগী তান্থাকপীরকপ শোয়-রমলরোই।" ব্রারকপা ঙমত্রবা মুপা ওইবগী থম্মোয়নি। জ্ঞান তাম্রবা ইকায়বগী অশাংবা লৈত্রবা রুহিনীগী হকচাংশিংদু উবদা করম্নাস্সু মিহোরোইদগে? জিপ অদু উমং অমগী মনুংদা থো-জিংখরে। ফনমক হায়দুনস্সু কুমার মুপানি। মফম অমস্সুং মতমগী মতুংইন্না ইখৌ লাংবগী থিংঙমত্রবা থোনা কুমারদস্সু ফাওরক্লে।

রুহিনী তপ্পা-তপ্পা হৌগৎলকই, ভুম্মুবদগী মিকপ থোকমগুম

মমিৎ মমায় নোই । "করিনোনে ঐনা তৌরিবা মতৌশিবু" তপ্না তপ্না নিংশীংবা ফাওরকই । মমাংগী মতমদা থোকখিবা থোদোক কয়া নাশিংলকই । মশা অমু ইচোক চোকথবগুম তৌই। ইচিং চিংনৈ। চিংনারবা বাকম অহু অচুম্বনি। মফি মরোল শেমজিল্লি । মক্রম-মরং খওদন। যাতারুববা রুক্মিনী মহৌশাগী মহৌশানি — থোইনা ওকফম লৈতে, হৌগত্তুনা কম্নি। "হায়য়ু কুমার ঐহাক মফম লসিদা কররা.. ..।" "হুজিকপু কমদোবদা তারিবগে" কুমারনা শোম্বাংননা হংলকই। "ইতৈমা লৈরিদনা, ইবুংঙো করিনীদমক্কা নী হন্নগদোরিবনো; নও-ঐ চঙহুনা নমহুনা লৌখিগদবনি। ইবুংঙো লৈরিবৈদবু কনানা কেশ তৌবী-রকনি। ঐনা ফনবা পুম্বা শীনগনি প্রেমিলানা ইনাওগী, লৌরী ইঙ্খোলনা ঐগী, মবুং অহুনা মরাল অমা হেক শীহুনা জেলদা হেক থম্লগা লোইরেদা। ইবুংঙোনবু লেপ্পৌরিমখৈ করিম্ব লৈতবা থবক্নি।"

রুক্মিনীগী মেংমোন মানোক্কা নোথরকপা ৱাঙাংনা ওমহংশ্রবা কুমারনি। "ফরে, ইতৈমা ওসি মী নেক্কুনা প্রেমিলাবু ফানবা হোৎনরসি, চংখিবা সল ঐনা মতিক চানা পীগনি। অহুগা থবক পাঙথোক্কুবৈগী মমাওদা প্রেমিলানা সুহোংখিবগী দায়ীদি ইতৈমনা পুবীগদবনি। মসিমদি শোয়বীবা য়াদে, হোৎনবীয়ুকো।" "এঃ—! অহুবুদি ইবুংঙো ইতৈমগী থরায়না লৈরিবমখৈ চিংনবীগনু ঐনা শোয়দনা হোৎনগনিদ।"

"করি থোক্লগবা চৎখিবা হুমিৎ অহুদগী ওসি ফাওবদা মাগী

মরা মপাউ অমত্তা তাখিদ্রে। মাবু পরিক্ষা য়াওদবা তারবরনে ? অচুম্বনি য়াওগনি হায়বস্থু থাংজাদ্রে, নহান নচন মুপী প্রেমিলানা থারকপা চিঠী অদুনদি খুদোংথীবা খরদি থোক্লম্বা য়াই। প্রেমিলা হায়বী মুপীমচা'দুস্থু ওখাক শাথীবা অঙাংনি, মমা পোক্তবীগা ওইশিল্লে করি থোক্লগবা !! নোংমা ঐনা মখোয়দা চৎপা মুমিৎ অদু মুমিদাং পুং ৭লোম তারম্লে। মতম অদুদা প্রেমিলা ইমুংদা লৈরমদে। মখোয়গী মমাতোলগা নুপা অমথক্কা য়াম্না চীক্লা বারী শাদুনা লৈরমই। মতম অদুদা ঐনা হংই— "ইচন প্রেমিলাদি লাইরিক্কা পাদনা তুমথ্রবা জাংলা ?" "ইবুংঙো হোজিক্তা ঐনা লাইরিক ঔরাইয়ু হায়না ঙাঙলুবদগী কদায়দা চৎখ্রবনো খঙদে। মাগী কাদ লৈবরা য়েংউ।" ঐনা চঙদুনা য়েংলুবদা প্রেমিলাদি ইমুংদা লৈরমদ্রে। ইনে রুহিনীনা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলগা "ইবুং ঙোনা লাকপবু করিগীনো মশক, উনদ্রবস্থু ঐঙোন্দা হেক্তা হায়বা য়ারোইদ্রা ?

"ইনে ঐ হয়েং চংলগনি, অদুদা হায়নীংবা করি লৈরমগদগে হায়দুনা লাকচরিবা। "ইবুংঙ: বসন্ত ইনেনা হায়গদবদি অনা-অয়েক য়াওদে, লাইরিক নীংখিনা পাদুনা পরিক্ষা ওম্নবা হোৎনো, সেঃ সেঃ মাগী পৈশা খরদি পায়বীখো।" ইনে রুহিনীনা ঐঙোন্দা লুপা য়াঙ্খে পীরকখি অদুগা ঐস্থু অদুম থোরক্লে। মানা ঐবু মুম্না য়েংদুনা লৈহৌই। ঐনা কোম্মোং য়োৌকাৎক্তিত্রৈঙদা খোঙ অদু লোনশিনখি। কনাগী খোঞ্জেলনো হীক হাক কপ্পগী খোঞ্জেল অমা তাই হায়দুনা য়েংখোক্লুবদা ইস—!! প্রেমিলানা পুখি মশান্দা

মখোঙ মথুৎ পুনশিন্দুনা লৈরম্বা ওঃ— !! শিরমগনিদ শিরমগনিদ !! মাঙদা লৈ'রবা টেবল অতুদা খুৎতুম্না থারগা শোয়ত্রে, শোয়ত্রে নহানগী মুপা অতুনা প্রেমিলাবু ফারম্নগনি। খোঙেল থোক্না "ঐস্নু চৎপা তারে" হায়রকপদা মেম্মা কাতুনা চঙলকই। ইঙক ঙক্না "করি তোরে বসন্ত।" ইকাইরপ তোনা হংলকই। "করিস্নু তোদে, উকিল ওইবা য়াগত্রা হায়দুনা য়েংলমলিবনি।" "নত্তে কদায়দবু চৎকদৌরিবানো?"

"ঐহাকপু হায়দোক্লসিরা, হায়দোক্লগা মঙোন্দগী করি কাম্বা কংগনি, মহাকস্নু ঐগুম্না লাংতক্লরবিনী, হায়দোকপা ঙমদবগী মতৌবনি। "মেম্মা নঙবু লাইরিক কয়া য়াম্না পারবগে?" "কদায়দগীনোদা লাইরিকী বা হৌদোকলুরবদি ঈশিংদা তাবগা চপ মান্নরবনি, পরিক্ষানা পরিক্ষাগী থোকপা হায়বতুনি। মতম মতমতুগী থোকপা লাকচরেদনা। অতৈদি লায়রি বসন্ত, চন্দ্রতুবু করি তোরে হায়বগে, মাবু পরিক্ষা অসিবু য়াওরোইত্রনে?" "খঙত্রেনে মেম্মা, মাগী মতৌসি হায়কম খঙত্রে, মাগীদমক্তা খল্লুরগা ঐনা থোইনা হেন্না মুংঙাইতে।" মুমিদাংগী পুং৯ কাংশি ঙৈরকপগা লোয়ননা মেম্মস্নু হৌগত্তুরা চৎখ্রে।

খঙরুবা ঐতগী ইরান ওইতুনা তোক্লগত্রা? ঐগী মীৎতদি শংশং মাগী নীংথিরবী মায়থোং মাগী নীংথিরবা য়াহৈ কয়ানা ঐগী থম্মোয় ফাজিনখিবা ঐনদি মতমচুপ্পদা নীংশিংদবা ঙমজদে। অতুবু ঐনা হায়খিবা য়াহৈশিং অতুবু মানা নীশিং -বীরমখিত্রা। মাস্নু, 'ঐস্নু; মীতৈ মচা ঙাক্তা ওইরবস্নু মাগী

মরীমথোংদি থংদে; অদুবু মাগী মায়থোংদি ঐগী থম্মোয়দা ময়েক লানা লৈহৌরি। লাইবক্কবু তম্নবদি ... ... ... ... ...
নোংমা মুমিদাংরাইগী লৈকোন্দু নোংশিংলুরগা মোন্দ মায় উপশিন্দুমা খাওলি। অহৌংচুপ্প মীংনা কল্লা অমত্তা উইশিল্লু য়ারমদে। অমগী মথংদা অমা; থোদোক খুদিংমক্তা খাংওমদনা লেল্লগত্রা পুন্সিসে। খাম্বিব য়াম্রবা মিংকুদগী পিরাংস্ত্র ভরেপ্পা লৈতনা চেন্থরি। "অম্বাবা অমস্তুং নুংঙাইবগী ইচেন্দ——— ইপোম হৌরকপদি, অঙাওবা মালংগী শত্নমলত্তা ওইরিবী শকফম কাইরবা মাইথোংসিরনে।; মুংশিবা হায়বদু?

* * *

মমাতোম্বী লাকপদগী মমানা সংসারদগী বিদায় লৌখরবা মতুংদা প্রেমিলাগী থোইদোক হেন্দোক্লা অরাবা ওইখি। মবুং অদু লৈরিবা মখৈদি থংনরবস্তু খংনন, চৈনরব চৈননা প্রেমিলাগী থম্মোয় মকা লামজরমই। চন্দ্রনা লাইরিক তম্বা হেক চংখিবা মুমিত্তুদগী মনেম ফত্তবীগী শক্তমদা রুহিনীনা মবুং অমা লৈরী নিংশীংবীদমখৈ, প্রেমিলাবু মচানুপা চাউপোক অমনা চেল-কপওম্নি। নোংমা প্রেমিলাগা মমাগ খংনবা মুমিং অদুদগী মহাক লাইরিক তম্বা চংহনখিদে, ইমুংদগী থবক ইঙ্খাং তৌহনা লৈহনখি। করিগুম্বা তাঙ্গা ফংবা নুমিত্তা লোম্না স্কুল চংলি। অসিগুম্বা তাঙ্গাদা রুহিনীবু থেংনখ্রবদি ঙাওবগা ফুবগা "কারোই লাইরিক তম্বা তোক্লো, সেল তিংনবনি। অদুগী শরুক্তা নমা ঐনা হায়বা ইন্দুনা নপুলীদু মুংঙাহনা লৈজরু। কৈ ওসিদি মচংলুরোকো

হয়েংদগা চৎলু মন্থদা ঐনা তৌবা কুম্মৈদি !! অসুম তৌহুনা প্রেমিলাগী মফমদা থীনা থীনা চৈহুনা লাই'রক তম্বা তোকহনখি। কনাসু য়েংশিনবীনবা লৈত্রে, হায়বগী মতাংগুম, লৈকায় পাল্লি, থওইদনা তৌনিংবতা তৌহুনা লৈরিবী রুহিনীনা মুপা নহাগুম অমুক মুমিদাং, খিদনা চৎনিংবদা অখিংবা লৈতে; য়াহৌবদি মুমিৎ য়ুংলগা হৌই। ইরুজবা লুদবগী রাফম থোইদোক্লা লৈতে। থাজৈশেংবসু লুজদবা জাৎনি, মতৌদি নাগুবা শাবা শি-শা, শি-শা, ইমুংদ পুমনিল হেক নিল্লি। মানা চংলকপদা চাক্লা লোইহৌব্রবদি চৈবগা ওাংবগনা প্রেমিলা মিকুপ অমত্তা কাওবা ইংনা চিক্লা লৈজবা কংজদে। অমরোমদদি প্রেমিলা থোইদোক্লা নিংথিবী মুপীনি মাগী মাইথোং, লিরুংমানবী পীসুম্না কোইরাওনবী মিম্নাবু লৈতেংজবীনি। কাংলপ তৌবা তওাংলবা চিনবান্না খোই রুমবী মিনোক্লা লোয়ননা য়েংলকপা মিৎয়েংদি মীপুম খুদিংগী থম্মোয় খোইদানফম্নি। কনা কনাগুম্বা অহল-লমম্না মচা-মমৌ ওইগে হায়জরবসু কোঙ্গাইনি। অহুবু রুহিনীগী মিৎয়েং-নায়েং, রাওাং-শওাং তাবদা অনিরক হল্লক্তে।

চন্দ্রনা মীরৈবাক্তা চৎখিবা মুমিৎ অহুদগী মুংওাইবা শরুক কংজত্রবী, কপ্পতনা মথৌ ওইরবী প্রেমিলানি। মমা রুহিনীনা নিপাগুম্না লৈকায় কোয়বা, মুপী মীওইবীগী লমচৎ চৎতবদগী ইমুং অহু কাংখোং চাইরবনি। চন্দ্রনা ইমুংদা চংলুবদা মানা লৈরম্বা কা অহু নত্তনা অতৈদি উচিশিংগী শারুকম, মিরাং থুরম্বা নত্তনা পোৎ-চৈ অমত্তা তরু-তনম্না লৈরম্বা থেংনখিদে। লৈরিবা য়ুম

অসি মমিংদা মঙাইরে। পাকচাওরবা লমহাং অমগী ময়ায়দা লৌতাংশঙ অমা লৈবগা খেংনদে। থবান থাগী নোংজুমক্তা ফোনানা জগোই শাজবা লমদম অত্তুমক ওইরম্লবদি খোইদোক হেন্দোক্লা কবিতা কয়াগী শৈশক ওইরগনি; অত্তুবু মত্তুমকম্তু খোক্তে। হায়রিবা মফম অসি থাংজেংশেংনা থংবী উবীনিংলবদি ইম্ফাল সহরদগী মাইল তরেৎলোম হাইথরগা মায় অগ্নাং ওন্দুনা য়েংবদা পীকতক তৌবা খুল অমা উবীগনি খুল অত্তুগী মনাক্তা তুরেল মচা অমা চেল্লি। তুরেল অসিবু য়েংওইননা থনম্লগা চঙশিনখিব্রা লথী অত্তুনা অগ্নাং ইথং থংবা খুন্দোন্দু হেক য়োবদা সনা খোংনাং পান্থী অমা থেনবীগনি খোংনাং অত্তুগী মায়োক্তা নোংচুপ পাংবদা পুম্ব্রি মচা অমা লৈরিংন্তু প্রেমিলাগী য়ুম, অসিদগী'ন থোদোক খুদিংমক্তী হৌফম। হৌজিক্তি ইখোল অসি নাপীনা খুজেং .য়োই। থরা কোকপা মফম হায়ববু মন লোইবা কাওবুনা শজিক ফানখিবা মফম অত্তু মঙাহরে।

*　　*

অশাওবগী মৈনা থাংওমদনা থা চীক্লুনা লৈরিবা চন্দ্রনি য়েংউ— য়েংউবা মফমদা অরাংপগী অরাংপা ওাক্তা, কনাদবু তাই-নরুনি প্রেমিলা নত্তনা। ওাংনা ওাংনা শাওরংননা কা খুজিং চংলুরে, রুহিনীগী নাল্লবা কা নত্তনা অতৈ কা অত্তু উরগা থম্মোয় শোক্তবা ওক্লমদে। লাইবক থীরবী মচলনি থন্তবীরুরে। কনাদবু তাইনরুনী, প্রেমিলাদা নত্তনা। প্রেমিলানা খঙরুই। "ঐগী তাম্মো লারুগা অরাবা পুন্নমক কোরুনি অত্তুবু খঙরুবা পুন্নমক অত্তু অরানবা ওইখে। অশাওবনা খাওবা ওমলকত্রবা চন্দ্র মচল মুপীগী মনায়দা

খুপাক্লা শেৎ-শেৎ থাজনবীরে। প্রেমিলা ন, অমত্তা ওাওদে, তুমিন্না চৈনাথেলহু থাদই না সু নাপোম অনিদ ঈহৌরকপা পিরাংনা অতং অথম লেতন হেস্থরি। পোকপদা থুপাক্লা শেং থারক্লবা মচলগী মতো উদা নীংউমদনা মীওগী শিরাং লেপ্তুনা শিস্থরক্লে। ওঃ!! ইমা নহা শিশক পী ক্লবৈদগী হুন্দোক-পীরম্বা লাংবক থীরবী, পম্বেগী মুংশ চৈশকসু ফংজদ্রবী ইচলবু ঐনা ... ... ... ...। চন্দ্র চংশিন্দুনা চেজেং কোল্লি। থিংবা ওমদ্রবা মিংলু পীবাংনা চোংশবা মাইথোংহু মিকুপ্তুনা য়েংজরুই। নিংবা ক ইরবা থম্মোইন।

"ইচে", "ইচে" তোয়না কৌরকপা নুপীগী খোঞ্জেল অমা তাবদা চন্দ্র মচনবু শনল্লগা মপান্দা থোরকই। নুপী অদু অস্নুক্কী মতিক থোনা ফনা চেঙলকই। কদাযদবু চল্লিবনো মখোয় ইমুং অসিবু মা অমত্তা চেক মোক লাউদ্রিবসিবো—"হৈমা! করি তৌরে ইবেম্মা নওনা কাপ্পরদি—নুমিৎ চুপ্পদা কপ্পতনা নথো ওইগদৌ শরুক নমনা হাযদো কোক ইনাথবনা ফত্রা অপংবী-সিবো। নোং হেক ওানবগ কপ্পনা মবৌ হেক ওইরদনা, করি লৈশাবানো মসিবো, নহাক মথৌদ মাগী ময়ুমদা লোৎলুবনিনা ননম চৈ চারিনিনে।' থংনা কাদগী চন্দ্র চঙাশল্লক্কুনা, "হৈতেমা লাকপীরমলিদনা।" নুপী অদু হওক ডকই। চন্দ্রনা অমুকস্থ শমথরকই। 'ইতৈমা ননাও অন্নান থনবীরবদি অদুগুম্বা বাহৈ অদু অমুকহন্না ওাহনবীনবু! নহানমথৈ ঐ লৈত্রিবৈঙনি, হৌজিক মবুং চাওথোক চাওবা অমা লৈ হাংবাস নাংশিংবীরগা বা

ঙাঙবীয়ু।" চন্দ্রগী অসিঙম্রবা ৱাহৈশিং অহু তাবদা মুপী অহু থম্মোয় শোক্না শাওনাংলুরমাল্লে। মুপী অহুনা চন্দ্রবু শংত্রিক মেংলহুনা, "করিনোনে ইবুংঙো, ইচানি ইনাওনি হায়বগী ৱারক-চবনিদ" হায়রম্লগা চবেং চবেং ঙাংহুনা থোকখ্রে। "করিমুক তৌনবগীনো মখোয়গী মমা মচাসিমক্তবু মুমিৎ চুপ্পগী থংনহুনতা লৈরদনা, অসুক নৌরীবা অঙাং অসি মাঙবা তারেনে। খরা লৈরগদি ঙাওরে হায়হুনা মপাল থোরক্লগনি, মসিদা খামদ খামলু-রগা তথি-তথি হায়রক্কদবনি। তনবু তাল্লনে, লৈকাই অসিদা লৈজদ্রিংয়ে।"

* * *

থাশি মুমিৎকী শুক্না মম্লবা অহিংনি; অহুগীসু মথক্তা নোংথী নোংমংবা মতমগা ওইবনে, চংলিবা লম্বীসে লম্বী লমহাং ওইজরবসু চংমিন্নবা মশেন অমগা অমগা মশক অমতা উন্নদে। মখোল তারগা চংলি হায়বদা মখংই। লম্বী অসি কদাই য়ৌরে হায়বা নাংশিংফম থোক্তবা মতাংসু য়াপ্পরকই। মশেন-মরাং খজিক্কুং উগদবসু শেংলিবা ফীজোললা অমুবা ঙাক্তা, মখোয়না অথেঙবা অহাংবা অসুম্না চংপসে লৌজিক্তগী য়া নত্তে। করিগুম্বা মতমদসু মৈরা অমমম পায়হুনা চংলি। মৈমাসি অকরুবা তরক্তগী হেন্দে। মুমিৎ অসিদা অয়োনবা থবক তৌনবা লেপ্পরহুনা মৈরা পায়রকত্রে। মহোশাদি মৈরা ভককশি খাথংবা খুন্দোন্দগী হৌরগা অরাংথংবা খুন্দোন ওইরপ লোইখি।

"য়ুম মৈ চাক্লে" মুপা অমগী খোঙ্গেন্না খুলসি পুম্মিল নিলখি, খুলগী মীশিংনা মখুংতা পাত্র অমমম পায়দুনা চেনশিন্নরকই। "কদোমদনো; কদোমদনো? পুথি, খোংবানগী ঈশিং শোক্তুনা চাক্লিবা য়ুম অদদা চাইখংলি অমগা অমগা মফম মরাং খণ্ডদবমখৈ। কোয়চেন চেন্দুনা মৈ অতু কল্লবা হোংনরি অত্তবু কনমতনা য়ুম অতুগী পোৎচৈ মান-চাং অমত্তা লোথোকপা নংহোদে। খরনা "মীহিং নমই' মীহিং নমই, মী য়াওরমদ্রে" হায়রকই। খুলগী থৌনা ফবা খরনা মানা মানা ওম্বা শক্তী পুথোক্তুনা চাক্লিবা য়ুম অতুগী মনুংদা চঙনবা হোৎনরি। করম্নবু চঙগনি শিনথুংনা চাকথুবা য়ুমনি। কনানম্তু মৈরক্তা চঙতুনা থৌনা উংলুবা ওম্লমদে। ঈশিং চাইশিনবগা য়ুমগী য়ুমথক কৌন্থরকপগা লোয়ননা মৈরিশিংস্তু অস্তুম অস্তুম পীকথখে। ওসাইগী মনম অতুদি অস্তুম অস্তুম হেনগৎলকই। খরনা য়ুম্বুদি, য়ুম্বুদি কদাইদা লৈখে" কোয়রাং লাঙনরি। খরনা "অঙাং য়াওথমাদ্রে" খরনা—অঙাং নত্তে চন্দ্র, প্রেমিলা মচিন মনাওনি।" ঙাঙন-ঙাঙনা লাওনা-লাওনা অচাকপা উশিং অতু লোথোক্লি। ঈশিং হৈজিল্লবা ফাওবদা মৈশা কোকলবা উশিং অতু খুৎনা পায়বা ঙমদবদগী চৈ পায়তুনা ইম্বোকপা লাক্লরি।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তোরক্লে। অশিবা হকচাংতু থিবা ফংদ্রবস্তু মীহিং নম্বদি কোকপা লৈত্রি। লৈরিবা য়ুম্ফম অতুদদি অচৌবা উ অমতা লৈহোদে, মথাদা ইচায় চাইতুনা তারি। খোঙ্গেন থোক্লা কপতে হায়বদা মঙায়রবা মীত্তগী পিদি অতং

অথম লৈত্তনা চেষ্টরক্লবা তোম্বা মথুংতা চৈশু অমা পাম্নহুনা অচাকপা তাঙ্গোই মরক্তা মীহিং নম্নিবা অত্থ কোয়থি থিরি। "ইপাগী ইবুংঙো চন্দ্র নৌনা পুন্সি কেম্নো তমথ্ৰবোই, ইপাদি মাগুলেদনা।" তোম্বনা খোঞ্জেল ব্রাংনা কপ্পা তাবদা ময়াম অত্থ কন্না থিবা হোৎনরি অমসুং খরনা 'মী লৈরে মী লৈরে" লাউরকখি ময়ামত্থ কোম্নরাং লাংই। খুদিংমক্তা মত্থ চন্দ্রনি হায়না লৌনরি। খরনা মচননুপী প্রেমিলাসু লৈরমখিগনি" অসুন্না হায়নরকখি। অমুক পন্থবা তৌদনা উশিং অত্থ অমমম ওইনা থাংদোকপা লাক্লম্মী। হন্দক্তি থাংঙৌশেংনমক প্রেমিলাবু থিবা ফংলক্লবদা "য়ুম মৈ থাবা মীসু ঐহাক মশক খঙই। মহাক্তী খুৎশিল নত্তনা কনানসু চন্দ্রগী য়ুম মৈ থাবীনবা লৈতে" তোম্বগী চিংনরবা খম্মোয়না ফোংদোকখিবা ৱাফমনি।

লৈরম'লবা মীত্থ মশক লাকশিনবা ঙমদবমখৈ মৈন চাক-থোকত্রে। অপীকপা খুৎচাশিং অমত্তসু য়াওত্রে। মমায়গী অতোংবা শক্লক লাইবক, চিনবান, মীৎ, নাতোন,না লোইনা নীংশিংবা ৱারবা শক্তমনি। চুম্না কাবদা নত্তনা মচেৎ মচেৎ চেৎখায়হুনা ঈশিংগুম্বা মহী অমসু চেন্থরি। হান্না অ৽ম অসুম য়েংসুরগা অকীবগী মশক অমসু ওইরক্লে হেক উবদা তুজুংলব; অমদি অকীবা পোক্লবসু মীপুম খুদিংগী মিৎলুদা পী' শীন্থদবা কনাসু য়াওখিদে।

চোকথরবা হকচাংনি, লমথুংকমসু খঙত্রে। তুংলোমদনা কনা তাম্নরক্কদবা মাংলোমদনা কনা লৈরমগদবা !! থেংলবা অহিং মমৈসিদ লম্বীদগা চৎত্রে; খোইদোক হেন্দোক্লসু অৱাবা

অমা ওইরি। নঙ্গলদা নম্বোমা থাওরিবা অসিনসু অমুক হেন্না অরাবা পীরি। খরা চৎল অমুক তু—খরা চৎল খুদি অমুক থীজিন পাঙ্গল থোকপা ইশুম শুমত্রে। চংশিন চংশিল্লগা অচৌ অচৌবা উজাও কয়াসু শাংন ফৈহুনা লৈরম্মী। মরক মরক্তসু শ্রোং প্রেক লাউবা খোঙ্গেল মচি খুদিংগী তারক্লি। অমুকসু অরাংবা উজাও তেক্কুনা তুবশুম হৌরব খোঙ্গেলনা নাকোং পণ্ডশিলহল্লি মাঙদ মশেন মরা'তমক উরম্মী। কদায় য়ৌখ্রবনো হায়বহুদি খণ্ডত্রে। হকচাংহু শ্বাই শ্বাই লাউবা অমগা লোয়মনা হুমাং অনপ্পা কাবি। কোক্কী শমসু চপ চপ য়ুংখংলি। ত্রোং ত্রোং লাউবা খোঙ্গেলনা য়াম্না থাপ্পা তারীবোই মনিংলম্বা য়ৌ-শিল্লকপা খণ্ডহৌদে। লদ্ধীনং মফম মরাং খণ্ডত্রবা পাৎ তুরেল লৈরমগনি হায়বা ফাওবা নীংশিংউত্রে। মাঙদ অমুবা মশুং মরিন নাইত্রবা মুক্তি কয়ানা অমুক অমুক থংলি।

নোংসু শুানফুং-শুানফুং তোরক্লে। চন্দ্র মনঙ্গলদগী মচন নুপী প্রেমিলাবু থাহুনা উখা অমদা ফক্লি। "কনাগী থৌইনশিনবু ওইরীগবা। কনাগীবু ওইগদগে ইমাতোলগী খুৎশিন্নি, তশেংবসু ইচল প্রেমিলা মগুংলাংগীদমক্ত থোক্লিবা থৌদোক্লি। ঐনা শুসি থাশুনা থীল্লম্লিবা নুপা অহুনা কনা ওইরিগবা? তশেংবমক্কী মহাক অহুনা থাবা মৈনি "ইসঃ ইচল প্রেমিলাবু শিব, তারত্রনে!!' খুদাং মিহুন পারহুনা য়েংলি, স্বর হোল্লিবরা? লুকখহুনা তায়। কফিসু থোইদোকপা অকায়বা ফিভমদি উত্রি। ওহোকপনিদ ইবুংগী ইবেম্মা প্রেমিলা, ইমা-ইপানা ইচিল ইনাওদা থমবদ

ওন্থোক্না য়ানা পুন্সি লেপ্লিদা। তোল্লিদকো চন্দ্র ঐগী মপোকসে, অসি ওইরেকো সংসার !!

"তাম্মো ঈশিং" "তাম্মো ঈশিং' মৈশানা কাহৎতুনা জ্ঞান তাত্রবী প্রেমিলা মবুংদা হায়জরকই। নোংঙাল্লমদাইগী লিরি শিংপা মাংবনা য়েবদা তেংথারক্লবী প্রেমিলাগী হকচাংনি। ওক্লবা উমং; তিঙ্খংনা থল্লব' মফমদা তেরা মোম্পাকুম পোত্থাক্লরবনি। মাগী খোঞ্জেলনা তাম্মো হ'য়না কৌরকপদ চন্দ্রগী চোইজায়নরম্বা য়াথলদো মফম খঙদনা মাঙখি। মচলগী খোঞ্জেল তাবদা মিৎলু মাপোম অনিদগী মুংঙাইবগী পিরাং শিন্থরকই। "ইবুংগী ইবেম্মা প্রেমিলা করিগীনো নঙনা কপ্লিবদি, ইচিল ইনাওগী পুন্সি অসে য়ানা লেল্লু তমথ্ বনি। সে,— কপ্লগন্নু আদ লৈরিবা য়ুম অসিদা মতম খরদং লেল্লুসি। চৎলসি প্রেমিলা হৌগৎলে। ইবুং শম্বিগে। ঈশিং হায়বত্নু য়ুম অসি য়োৗরগা পেন্না থকলুরশি। "তাম্মো, হৌজিকপ্ কদাইদ চৎলুগদৌরিবা, কনাগী য়ুমদা লৈরুবা ! তাম্মো, কল্লকচাওবা সংসারদা লৈরিবা মীশিংসে অমনা অমবু শা-ঙাওম্না শিজিন্নবা ওন্নরে, মমল য়াওত্রবা থরায়গুম খনখরে। মীগী মরল মথ্ম্না পুন্সি লেনগনি নিংলিবা অসিগুম্বা তাইবং অসিদা থাজ-নিংঙাই কনাবু লৈগনি।" "ইবুংগী ইবেম্মা প্রেমিলা, করি অমত্তা চিংনগন্নু—মী অমনা মী অমবু করিম্নু লৈতনা খল্লিবা মহাক অত্থু নোংমা নত্রগা নোংমদি মশানা থাকচবা লাংদ খুবা হায়বত্থু শোয়ত্রবনি। করিগী নিংহন্নগনি। ইমাতোল কহিনী ঐগী' খুত্ত নত্রবস্থু মীগী মথুত্ত শিফম-নাফম খঙদনা' পুন্সি

কেম্নগদবনি। য়েংউ প্রেমিন্না অঙম্বা চাংশাং অসি য়ারবম্ন য়ানা ইবুং চিংথংকে । মী-পোং হৌগংনগ্রিবৈ মতমশিদ য়্নম অসি গ্নৌনবা চংহৌরসি।"

# খুদোল

"পাবুং পাবুং" কৌহুনা বসন্ত বেড়িং অমা পুহুনা চঙল-কই। মাঙ্গোলদা বেড়িং থম্নগা নুংশা মপী শাংনা হোন্দো-কই। ইঙক ঙক্না, "ইপাগী ইবুংঙো বসন্ত, নহাক য়ৌরক্ত্রা চংঙো-চংঙো নফি নরোল অহু হোংদোক্ল্রো" মপাবুংনা হায়রকই। "পাবুং ঐ ফিরোল হোংদোকখিরোই, চন্দ্র অমুক্তা হান্না উন্নরুখিগে।" তোম্বা করি য়াহৈনা পাখুমগনি, করম্বা য়াহৈনা, করম্বা য়াঙাংনা চন্দ্রগী থোদোকশিংহু লাগনি। নুনা চান্না তিন্নজবা মরুপনি চংলুচো হায়সি কদায়; চংকনু হায়সি হায়ঙমদ, তোম্বা মরু লুকথহুনা ভুমিন্না লৈরি। মপাবুংগী মতো উবদা থম্মোয়দা চিংনবনা ভপথত্রবা বসন্তনা — "কফি

তৌরবগে পাবুং, ঐনা চন্দ্র পল্লগা পাবুংনা মিৎলু নাপোম অনিদগী পীরাং শিস্থরিবা, করম্বা নিংবা কায়বা য়াওরবগে, নচাদ অমুক্ত হায়বীয় ।'' "ইপাগী ইবুংঙো ইপানা করি হায়না পাওদমগনি । চৎলুরম্নু চন্দ্রগী ময়ুমদা, মরাইবক থীরবা চন্দ্র কদায়দ লৈরমগনি ঐ খঙদ্রে । অঙকপনি অরাবনি মাপী থোদোক । মমা অতোম্বীগী থোরাংনা মরল – মথুম তাক্লবা চন্দ্র সংসার অসিদা অমুক উররোই ।" "পাবুং চন্দ্রবু ............" থোঙ্গেল হৌনা লাওরকপা বসন্তগী ফুনগৎলবা থোম্বাংনি । মমিত্তগী মপিস্থ অতং অথম লৈতনা শিস্তরী । হৗকনা লাওনা তোম্বনা হায়রকই —— "য়ুম মৈ চাকপদ চন্দ্রদি .........। অহুগা 'প্রেমলাদি হৌজিক ফাওবা অরেপ্পা খঙদ্রি । শিরম্নরোই মমা অতোম্বীগী মথুক্তা তারয়গনি ।" ঐ খঙলে পুন্নমক খঙলে, ঐনা লমন খুমগনি " লমন!" । প্রেমিলাবু কোয়না চত্তুনা খিগখি —— হে ঈশ্বর। থোজা-নবীয়ুকো নানাইবু '' পীরাংনা চোৎলবা মিস্নানি, শাউখিবনা মখা ক্রক-ক্রক চীক্তনা খাংলি ।

খাবুম কয়া হৌখ্রে অতুবু চন্দ্র অমস্থং প্রেমিলাগী বারী দি ওসি ফাওবা শোম্নবা তোক্লি । মীয়ামগী অঙকপ বারীনি কনামা হায়বনৈ চন্দ্রা শিখে । কনা অমনা করি চায় চন্দ্রদি লৈরি য়ুম মৈ থারম্বা মুপানি শিখিবা অতুদি । নিনফুং নিনফুং ভাংনবা মচি মাচ খুদিং শানখ্রে । লৈপুং কম্বা মৗশিংগী, কৈথেল অকা-অকুমগী বারী অসিতন মপুংনি । কনাগী

চিস্থোক্লা হায়, "চন্দ্র মচিম্মনাও শিদে লোৎথে ।" কনানা শাউনা হায়, "ঐস্নুদা শিরমলিবা অদু চন্দ্র নত্রবনি কনা ওইগে হায়রিবনো ? মচন মুপীনা মমা অতোম্বীগী মীনা ফাগ্রবনি মবুংহুনা ফুদৎপীরম্লগা য়ুম-মৈ থাবীরম্লবনি।" রাকম অসিগী য়েনবন থওইনা শাওগৎনবা মীস্থু য়াওদবা নত্তে। অরাবনি খোয়রাংলেদা, মথোয়না তোম্বদা মসিগী মরম হংনৈ। তোম্বনা "থঙচেদ" খুমই। থাঙ্গশেংব তোম্বদি য়াম্লা চিংনৈ। মীওই শরগী মচিন্দগী হুরানবা মুপা অমা মাংখি-হুনা হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি হায়নগা তাবনে, কনা থীরুর-রম্থু রুহিনীগী মায়কৈদগী প্রেমিলাগী পাও থজিক্কংগা ফংদ-বনে, পুন্নমক অসিনা চন্দ্র, প্রেমিলা মচি অমদা তুমিন্না লৈরম্বা য়াই হায়না কন্না থাজরক্লে। মপা মচা চঙহুনা চন্দ্র অমস্থং প্রেমিলাবু লোন্ন খিবা লাক্লরি।

থাঙ্গশেংনমক সমাজদগী লাপথোকপা য়াত্রবা রাকমনি। সমাজগী চৎনবী অমগুম লেম্লববা রাকমনি। মনা অতোম্বী রুহিনীদগীস্থু রা নত্তে অপোকপা মমা মপা ফাওবনা থরায় তানা পাম্লরবা রাকমনি। মহৌশানা শেঙ্গাও পাম্লবা মরন মথুম লৈবা অহুনীস্থু মথক্তা মশাগী বহৈ মশিং মতিক চানা ঐব মুপাদা মমা মপা ওইবনা মচা নিংভোল থাজনিংই। মমাঃবৈগী মতমদদি মচা নিংলোল থাজবদা মুপা অহুগী ফীভম মুত্তি নিংখিনা য়েংনরমই। অহুগা লুহোংশেলস্থু লৌনরমদে। হৌজিক্তি চাওখৎপগী খোংথাংনরা অয়াম্বনা শেল লৌবসি

চংনরে। য়ামত্রবদা মুপী অমগী মমল ওইন লুপা লিশিং অমা নত্রগা অনি পিনরে । মমা মপা ওইবশিংলা মচান্নুপীগী রাখলদি খঙবীদে, খঙলবসু খওইদে ।

তশেংনমক রুহিনী শেল য়াম্না পাম্বী মুপীনি। পোক্কবী মচান্নুপী প্রেমিলাবু থাজবদা কুমারদগী শেল য়াম্না লৌশিনখিবনা হৌজিক ফাওবদা কুমারবু তরাম তরাম তৌরি অমসুং প্রেমিলাবু ফংনবা হোৎনরি । রুহিনীনা খঙই মহৎদি মৈ চাকপদা য়াওখিবদু মহাক্কী মীনি । অদুবু রাকম অদু য়ারিবমথৈ মনিল নাইদনবা হোৎনৈ । হৌজিকসুনি রুহিনীদি প্রেমিলাবু অমুক্তং ফংজদুনা কুমারদা শিন্নগে হায়বা অসিদি লেপ্তুনা লৈরি । মসিগীদমক্তসু ফত্তবা থৌরাং কয়া শীল্লি ।

তশেংনমক কুমারদি প্রেমিলাবু য়াম্না পামজৈ । অদুক চাউথবা সংসার অসিদা প্রেমিলা নত্তনা অতৈ কনাগী আশা তৌরত্রবনি । ময়ুম মৈ থাদুনা শিফম নাফম খঙত্রবসু প্রেমিলা লৈরি হায়বা রাফমশিনা কুমারগী থম্মোয়দা আশাগী মঙাল অমা ইহৌরকলি । মাবু ফংগনি হায়রবদি শেল পাম্মুবা লৈতে, নুংশি চৈনাখোল থাংবদা কুমার চাফম-থকফম খঙখিরে। ওন্থোকপনি মহাক্কুগী আশা, মহাক্কনা পামজরবা নুংশি ভিক্ষা হায়গদবা মহাক অদুনদি হন্না ফাওবা য়েংবীদ্রি। অদুবু কুমারদি মহাক্কবু অমুক্তং উজরবদি মুপামচা থৌদাং য়েংলগে খন্দুনা লৈরবনি ।

কপাসিরা নোকসিরা করম্নবু থাওত্নূনা লৈগনি? মগুলা-ক্লরে তাইবংদা তারিবা পাও অসিনা অচুম্বমক ওইরবদি চন্দ্র অমস্নুং প্রেমিলা লৈরি। তোম্বগী মক্ষমদদি প্রেমিলা ক্লহিনীনা কাখ্রে, চন্দ্রনা মৈ চাকপদা য়াওখ্রে. মতম পুম্নমক্তা কাম্ননা মৈশা লাংত্নুনা চিন্তা মৈধু চুক্লরবা তোম্বনি। অত্নুবু তারিবা পাও অসিনা তোম্বগী মক্ষমদা অনৌবা থৌনা অমা পীররি। হুরানবা মুপা অমা মাঙখ্রে. হায়বা অসি মীপুম খুদিংনা অতৎ-অথম লৈতনা ভাঙনরি। "অঙকপনি অঙকপা শিবু শিন্নবদি নোংমদি শোরদনা চন্দ্র প্রেমিলা উনবদ নত্তনা অঙক অঙকপা কুম্মৈ কয়াস্নু ঐগী ইমিং অসিনা উরবস্নু মম্নারি তোম্বগী নোকফেং তৌনা খন্থক্লবা ৱাখলনি। চন্দ্র অমস্নুং প্রেমিলা লৈরি হায়বা তারবস্নু কদায়দ থিক্লনি, কনাদ লৈর-মগনি? করম্নবু থৌনা লৈরোইদগে বসন্তগী থম্মোয়দ' পীশক পীক্লিকৈদগী মচিন্মানাওগুম লোম্বনরক্লবা চন্দ্র অমস্নুং প্রেমিলা মক্ষম থঙদনা মাংখ্রবদ বসন্ত মিৎলুদগী পীরাং শীম্বদবা ওম্নমদে করম্নবু কাওগনি প্রেমিলাগী নীংথিরবা মাইথোং বসন্তগী থম্মো-য়দা হোংবা নাইত্রবা ৱাখলনি মিঙাইদনা লৈঙম্নোই। চন্দ্র অমস্নুং প্রেমিলা থিবা চৎলগে হায়না লেপ্লত্নুনা মাপা-বুংদগী বীদায় নিজরি। চন্দ্র অমস্নুং প্রেমিলা কাম্ননবদা মচা কাম্ননবগুম থোক্লবা তোম্বনা "চৎলো চৎলো বসন্ত মঙোল ওইয়ুকো" মকা লামত্রবা থম্মোয়না মোমোন নোকপা মাইথোং উৎত্নুনা পীখিবা বীদায়নি।

মতম কয়া হৌখে । অশোংবা জঙ্গল কয়া কাওহুনা খুদোংথীবা কয়াস্থ নংলুরবনি । ময়ুমদ হন্সি কদায় মাংলোমদা চংশিনশি কদায় । মতম্না সস্থম চংখিবন্না নোংমা কয়াস্থ হৌখে । লম্বীদা কনাগুম্বা অমা পোৎলোইহুনা লৈরম্বদনা কনানো কদাইদা লৈবনো হংহুনস্থ মচংলি । অশোংবা জঙ্গল অমগী ময়াইদা মুমিং তাশিনখে । শিনা লম্বীনি শিনা তুরেলনী, পাংনি হায়বা মফম অমস্তস্থ থঙস্রে । খোংথাংদি লেপ্পা লৈতনা মাংলোমদা চংশিল্লি । চাওরবা মুংজাও কম্বাদ খুদি কয়ারক থিজিল্লবস্থ অয়ো অমুক্তা হায়দবমখৈ হন্না ফাওবা য়েংলমদে খুৎনা পায়রিবা মৈরা অহুস্থ মঙাল ইখোক খোক্তবগুম করিগুম্বা পোং অমতা থিবা ফংখিস্রে । মৈ অহু য়াওরগা বসন্তগী থম্মোয়দ মঙন মঙন খল্লক্লুনা অমুকস্থ হেক মুৎথংলি । শিংতেক শীংদা কয়াগী মরক্তা নেৎতুনা লাকপদা করিগুম্বা অমোনবা পোংশক অমা নেৎলুরে । মফম অহুদগী খোংকম অমাফাওবা থাংদোকপা ঙমদমখৈ লেপ্লুনা লৈরি । করিনো হায়বস্থ য়েংনিংবা পোকই, থম্মোয়দগী মিল্লুন অহুদি তপথবা লৈখিস্রে থঙদিবা পোং খঙনিংবা উনিংবা হায়বসে মীওইমগী হৌনশানি । বসন্ত খঙনিংবা অহু ঙাইগুমদনা মৈ অহু চুখৎলি । ইসঃ পোমশক অসিদি ! হকচাংদা তুজুংবা অমগা লোয়ননা হুমাং ঙনপ্পা কারকই । কোয়না য়েংই কনাস্থ উবা ফংস্রে । লৈরম্নিবা ফিশিংহু উবদা চন্দ্র অমদি প্রেমিল মকং অসিদা লৈরমগস্রা চিংনবা অমস্থ পোকহল্লি । মায়কৈ

খুদিংদ অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা। মীচিক মীরাওখোল তাম্রবা মফমসিদ শাস্ত মখে লাংলি। মাঙদস্থ তোয়না চৎপা উরক্লে। হকচাংদস্থ তুজুংবা ফাওরী, অমুকস্থ থর চংশিল্লকপদ শা চৎপগী লম্বীরা মফম মরাংদি খঙক্লে লম্বী অমা থেংনরে। লম্বী অসিদা চৎলূরগনা করি থোক্কবা! মফম অতুদা ঙাইহাকস্থ কোয়না চৎ-তুবা য়েংই। অস্থম চংশিল্লুবদা লৈবুং অমমগী মথক্তা মমিং থারবা উয়ু' কয়াস্থ উবা ফংলে। উতেক কয়াত য়ুংলনা তোকপা লৈবুংস্থ ময়াওরি। মখল মথেলগী ফিনা তাহুনা লৈরিবা মফম-সিদ থবায় য়াওক্রবা হকচাং কয়াস্থ তাহুনা লৈরি। মখোয়শিং অসিগী মরক্তা চন্দ্রবুস্থ মমুং চল্লম্লগত্র? খঙবতনা বসন্তগী মমায় অহু হুমাংনা কয়েপ্পা লৈতনা চেম্বরক্লি। সুমিৎ অসি মাগী অরোয়বা ওইয়ু তমশ্রবরা কনানবু থঙবনো মীওইবগী পুক্নি॥

লমজিং মৈরাস্থ মুৎখ্রে। অঙাং মচা কয়ানা য়াম্থ-য়াম্থ কম্নগী মখোলস্থ তারক্লে। অমুকস্থ ইচিক চীকই। উনা কেন-বগী মখোল্লা, উশা তেকপগী মতৌরা প্রেক-প্রেক, শ্রোং-হায়বা খোম্থাংনা পুম্নিল নিল্লি। তাম্না লাকপা ত্রোং ত্রোং হায়বা খোম্লেলবু মালংবনা পূরকপগুম মচি মচি খুদিংদা লেপ্তরি। মীনা শীং য়ানবগী মতৌগুম. উতেক অনি ফুনবগী মওংদ কাক কাক হায়না বসন্তগী নাপদা য়ৈররি। খোঞ্জেল অপূম্বসি তাবা ঙম্নক্ত্রহুনা নাকোং অনি মেনশিল্লস্থ থোইনা হেন্না তানিংহল্লি। লম্বী অসিগী মতুং ইন্না চৎলগে থল্লু'রে অহুবু ফিতম কায়রবা শকম'মনা মহাক্কী খোংথাংদা অপনবা ওই'র। শূক্রবা উমংশিগী ময়াইদা মহাক্কী থম্মোয়দত নক্তনা হকচাং ফাওবা অকৌব

তুজুংবা কয়াতনা কুপখ্রে।

চাওরবা উজাও কয়াম্ন মাগুদ কৈন্নুনা লৈরি। মতোঙ য়াওব্রবা শরুতনা ফীভম চারবা ভূত-প্রেতকী শক্তমম্ন মাগুদ পরেং পরেং! থুম্ম চেৎনা পায়রিবা থাও অত্তুনা থিনগে হোংনৈ য়াওখিবনা মহাল্লি। কয়া চেল্লুরে, মাগুদ উশা কয়া, বৈত্তুনা চৎলে উয়ী রারি কয়ানা অপনবা ওইত্তুনা অয়াবগী মথক্তা অরাবা!! পু-থাংওমত্রবা, পোৎলুমনি। মফম অসিগী করিগুম্বা য়াফম অমত্তা থম্বা ওমদবমথৈ চেল্লক্কবা বসন্ত তুংহন্না য়েংনবগী পাজনস্ম লৈজখিয়ে।

তায়া উরি মুৎশি-মুৎশিবা মৈঙাল অমা। মঙালত্তু তয়া বসন্তনা খোঙথাং অত্তু কলপ্না চঙশিল্লি। পাল্লবা লম্বাং অমদা মদোম শাবা য়ুমনি। য়ুম অত্তুগী ফল্লাং অত্তুম্ন মচেৎ মচেৎ নোংথায়খ্রে। নাহেবা খোঞ্জেল অমা তাবা ফংলবস্ম মীয়া লাইরা হায়বত্তুদি থঙবা ওমদ্রে। মফম অসিদ য়ৌরগে হায়ত্তুনা চঙলকপা বসন্তনি। "য়ুম অসিবু কনা কনা লৈবীবগে?" মপান্দগী খোঞ্জেল অত্তু তাবদা—"কনানো, থেংলবা অহীংসিদ লাকইবা নঙবু, চঙকউ চঙকউ ইমুংদা।" মহাক্কী থম্মোয়দা চিংনবা য়াথল'মনা ইমুংত্তুদা হেক চঙবা ওমজদে।

—"চঙলকউ, চঙলকউ ইবুংঙো, নহাক করিমত্তা চীংনগম্ম; থেঙলবা অহিংসিদা মফম কৈদা চৎলুরিবনো?"

—"থুরা ইবুংঙো ওম্নোকপা মতৌ হায়বত্তুনি। ঐনা য়ুমদগী খোঙশালকপা মতম ফনস্ম কুইরে, লম কয়াস্ম চৎলুরে। ওসিগী

থোৌদোক অসি থুম্বা থক থেংনরক্নি। অদুকপনি অদুকপা, থোৌদোক অসি অমুকহন্না থোক্লরবিগনি হায়বসে থম্না য়াৌনা থোক্লই।

বসন্তনা থোক্লেলদু থক-থক নিক্লে।'

— " করিবু তৌরবগেনে ইবুংঙো! নঙনা অহুক কিংনা ঙাকলিন্না অহুবু, তপথনা তম্মু ইপা ঙাগে, ঐগী ইনাক থোক্লবদবু কনান্না করি তৌবা ঙমগনি।"

" করম হায়না পাওদমসিগে। মমা পোকপবী অমগী খুজিল-থৌরাংনা ঐগী ইপা অহু শিখে। ইচন মুপী অমগা ইমাম্বা অমগদি ঐনা মীরৈবাক্তা লাইরিক ওম্বা চংবি তৈদা মুমদগী তাম্মোকখে। ঐহাক ইয়াম্বগী থোক্লল লীরকপদা অশোংবা ওইরল অমগী মরক ফাওহুনা লাকই। মতম অসিনা থামথা অহিংগা ওইবনে, তমথীরবা থোক্লেল কয়ানা ঐগী থম্মোয়বু মিং পাইহনখি। অঙাং কপ্পনী থোক্লেলদা লেপ্পা লৈখিদে। উশা তেকপগী, চীং নীংথায়রকপগী অমদি চীংদগী উক্রোং ওন্থবগী মওংওম, অসিদা নত্তনা ঐনা চৎপা মকম খুদিংদা ফীভম মুত্তি কায়রব মীগী শক্ত ---- তম্বা ঙম্মরোই খুরাইবুংঙো। হকচাংদা তুজুংবা কাওরকপগ লোয়ননা মায়দা হুমাং করিক কয়ান লেপ্পুনা চেক্লরক্লি।

" ওম্বোকপনিদ! ওম্বোকপা মকম অমক্তা চংলুক্লনা ইচাদি। ইচানা হায়রিবা মকম অহুদি ওম্বোক্লা তমথিখ্রবা মকমদি মীগী শরম-শয়াংতন, থরবা মকম!! অযুক-থুংগ্রিল কা

কমা'মত, মকমত্থুন্দি চণ্ডমদে। হাওগী অশিবা মশা লন্থোককমনি। "লাইবক থীরেদা ইপাস্থু। মতম অমদা ইনাক-কৈরাক থুনবা মচা ওইরম্মী। ঐনা লৈরিবা য়ুম অসি ঐগী য়ুম নত্তে, ঐহাক্কী ইম্ফাল সহরদা পোকপা মচানি। ইমা ইপানা লৌরী-ইংখোল সম্পৃত্তি মতিক চানা থম্বীরম্মী অদুবু করিস্থু লৈতে মীওইহগী পূন্সি! ইচাসুপা ওক্তবনা ইরোন ইরান তাক্লে অদুবু মসি পূন্নমক অসে ঐগী য়ুম থোকউ হায়দুনা থোকখ্রবনি। ফমুংদা নাহেন্নুনা লৈরিবা ইচাসুপী অসিগী থনগত্রা হায়বফম খুঙদরে। ঐগী ইচাসুপা অদুদি মতম অমদা য়াম্না ফবা উকিল অমা ওইরম্মী। মহাক্কী মমিংদি উকিলকুমার হায়না ময়াম্না খঙনৈ। মহাকতগী থনবদ মাগী মমা অদুস্থু থম্মোয় লাইমন ওইদুনা শিখ্রে। অঙকপনিদা অঙকপা, লুহোংবনি হায়দুনা থোরাং লোইরগা লুহোংবা সুমিৎ অদুমক্তদা মুপী মাঙখিদুনা ইকায়বা কয়াস্থু নংলবনি।

ঐনা মফম অসিদা লৈরকপা মতম অমুক কুইরক্লবা অসি ফাঙবদা অমুক্তা ফাওব ছুম য়েংবীরক্লবনি। ওসি শিনি হুয়েং শিনি লেপ্পা ওমত্রবা মচন অসিগী থোঙ্গুল লীরকপস্থু তৌখিদ্রে। পীশক পৌক্লিহৈদগী পলেম মমানা নৌনা হুন্দোকপীরম্লবা ইচাসুপীসে নোংমতস্থু মোমোন নোকুনা লৈবা ফংজত্রবীনি। রারেদ ইবুংঙো. রারেদ।' অহল তদুগী বাঙাং তাংদা বসন্তগী থম্মোয়দা থুক লাওবা অমাগ চীংনবা রাফম থরস্থু য়াওরক্লে। "মহাক অদু শোরদনা ওইরমগনি ঐনা চীংনরিবা মাংক। অহল অসিনা

কুমারগী মপা। মচানুপা ওক্তবদগী মহাকন লাইবক থীরবনি। "মতম অমদা করম্নবনু যাররোই মরমদি মহাক কহিনীগী মিৎচি লাংদা থুখে।' বাফম অসিগী মবাদ লমজিংলুরবদি মহু অরানবা রাখলান। মচা অতু ফনমক মুংশিন্‌ত্রবনু মচা শো-ক্লুরবদি মচা অতুগী মায়কৈদা লেপ্তুনা লৈখিগনি। অচুম্বনি, মীগী মপোং হুরাল্লববা মচাতুবু মমা-মপা অতুনা খক হুরাল্লি হায়বা হৌনদে। অসুম ফম্নম্বদগী অহল অতুনা ——— 'ইবুংঙো, লায়রবা ঐগী ইয়ুমদা লাকপদি করিনা সেবা তৌগমি। সে, সে ইপা ফম থাগে, নিংথৌনা পোখাতুনা লৈয়ু।"

* * * * *

অয়ুক য়েন্দা অঙনবনি। য়াওন য়াতা ঙমত্রবী মুপীমচা অতুগী নাহেবা খোঙ্গেলনা কা অসি পুম্নিন নিল্লি। চায়ক-থরুক্তবা নুমিৎ মশীং য়াম্নক্লে। শরুদা উনশাতনা কুপ্লবা মুপীমচা অতুগী থম্মোয়দি মিহুন লৈরি হায়বতা মঙাইরে। মতৎ-মতৎ হোনবা স্বরনা পোখাফম থঙত্রবানি। মুপীমচা অতুগী মতৌ উরগা বসন্তদি মিংসুদগী পারা, শিন্থরকখি। করিনা তেঙবাং-বীরমগনি লাইবক থারবা অহল অতুবু? তরু তরু পাঙলিবা মুপীমচা অতুগী মিংম্না অনিনা মেংত্তরকপদি করি লায়না পাওমেল-লমগনি। কংলবা মুপীমচা অতুগী ঙকশমদা বসন্তনা পুরকপা

লিক্লাং পরেং অমা শিজিনবীরে। মচানুপী অহুগী মায়থোং উজবদা মপা ওইবা মানদি থম্মোয় থোয়দান শ্নেংজরি। মতম কুইনা মায়থোং মকা লাংজরুত্রবী মুপীমচা অহুনা ঐগী লিক্লাং পরেংবু ফংজবদা হরাওজবা মতম অসিদা মাগী মবুং কুমারদো লাক্লবদি !! "ইপা ইবুংঙো নচাম্নু থাঙশানজরগে মারোবীগমুকো। চংলো চংলো ইচাগী লিক্লাং পরেংনা মোমোন লোকচবী ইচাগী মায়থোং উবদা অপেনবা ওইরে ইপাগী। মঙ্গল ওইরুরোকো।"

# তমগী চেকলা'মা

নুজা ওইবী মাগী তনৌ তনৌরবী হকচাংসে চাকম-থক-ফম থঙলক্লবা চহি কুমওন ফারক্লে । হাওগী য়ুমদ শাইদাংদুনা লৈরকপা নোংমতশু হরাও-মথোই কাওক্রবীনি । তমথিরব থমোয়গী মৈচাক পুস্বা মশুংলাংগী দমক্তনি । মানদি ওসি ফাওবদা ঐগী খোজুল লৌবিরক্লে, মানা ঐবু নিংশিংবীরমথিগদ্রা ? মতম চুপ্পদা ইমাতোলগী তমথারবা শক্তম্না ঐবু মিপাইহনবস্থ মহাকপূদি ঐগী থম্মোয় লকাম্লুংদা চেৎনা থমজরি । হুতি হুমিৎ খ্বাদংগী শিস্থরিবা পীরাংসে ঐহাক্তগী থম্মোয় লাইমন ওইরগদ্রা ? থৌজানবীয়ু হে ঈশ্বর । প্রেমিলা ঐগী অরাবসি কোকহনবীহুনা মহাক অতুগী নাক্তা পূন্সি লেংদনা লৈজগে । প্রেমিলাগী মিৎলু নাপোম অনিদগী ঈহৌরকপা লাইজবু করম্না পনথোংলুনি ? খুত্তা থুৎলাই পায়দুনা হুপামচা থৌদাং পাংথোক্লুনা থম্মোয় লকাম্লুংগী লাইজবু পনখিংলুখিগদ্রা ? নত্তে, নত্তে লাইবক থীরবী ইচলনি । তমগী চোন কম্নাগী খোঙ্গেল তাররশু নিংথিবী লৈরাং কয়াগী চেৎলো

উজরবন্ন থম্মোয় শান্তি ওইহনা মায়থোং মকা লামজন্ত্র-বীন।

"হৈবুংগী ইবেম্মা প্রেমিলা, করিগী অহক চিন্তা পোংলুম্ন পুক্ননি, ইচনগীদমক ঐহাক লৈরিবসিদি। তাম্না উরিবা লমদমসে মীতৈ লৈবাক পোক্নফম লমদমনি। নোংমদি শোয়দনা ইচিল ইনাওস্নু মীতৈলক্কা তিল্লখিনি। মাস্নু মী, ঐস্নু মী, ইমাতোল হায়বা মিংগোদনি, কপ্পগনু চংলো চংলো ইমুংদা।

* * * *

মুমিদাংবাইরমগী মতমসে থুলগী শাবী শানৌশিংনা হয়াও মথোই কাজবা মতমনি। শারবা কালেন মুংশা মরক্তা হুমাং মপুম থাংনা চোংলুয়বা হকচাং, মুমিদাংবাইরমগী লিরি হুম্বা মালং ইপোমলক্ত মাইথোং মকা লামজরি। পামগী মতোন্দা লেপ্তুনা অশং-উপাল য়েংজর। "হোই" হায়না শৈহোজবদি কনাগী থম্মোয়দা পেন্দবা য়াওগনি ? খুল্লাকপা মাগী থোদানা প্রেমিলাস্ন পাম ওাক্লি। বাংলবা চৌংদোনথক্ত শারিবা লৌতাংশঙ অতুগী মমুংদা নিঙায়দনা ফমহনা শৈশক্লিবী প্রেমিলানি পাম য়ানবা কয়াগীস্নু অবা পোত্থনফম ওইরবা প্রেমিলাগী শৈশক্লা। পাওজেল য়াঙলবী মালংবা মাগী ইপোম্না বসন্তগী নাপা য়ৌরক্লে। বসন্তগী হকচাংদা তুজুংবা মস্নু ফাওরক্লে। "কনাগী খোঞ্জেলনো, মীতৈ মুপাগীদি শৈশক্লি। তাম্না উরিবা

খুল অসিদ ঐগী প্রেমিলাবু লৈরব্রা নুমিৎ অসিন্নু তাশিন-খিগদোৱে ঐনা ওল্লবা চাং অসি কাহ্নুনা, অশোঙবা নারক অসি ফাওহুন চৎপা।! হে ঈশ্বর! ঐগী শিংলিদ চেল্লিবা 'ঐ মীতৈগী ফশেঙবা ঈমক ওইরবদি নুজা অসিদদি শকথংজগেকো।

মোত্তাট শুদাইনরবা অঙাওবগী পান্দমঙমনি। ঙমলবা চাং অহু কাহ্নুনা শৈশক মাগী শৈখোং খিবদা চোকথরবা হুক-চাংনি। মশুম মনা ইফা ফা, লুমাংনা মপুম থীৎনা চোৎলবা মশা অহু হাওগী পামদোললোপ্লুরে। কদোমদগী শৈশক্লো কোয়না ৱেংই বসন্ত। উরিবা লৌতাংশঙ অসিদা লেপজিবী নুজা অসিগী শৈশক্লা? মহাক অসিবু প্রেমিলারা? ফিজেংতি চাওগীনি, শৈশক্লা তমগীনি। হাহং অমত্তংদি হংফম খোকইনা "হো নুজা নঙবু ক'ানা, ঐগী থম্মোয় কায়না শৈশক্লিবী, কোলোয় মিংলেন্না করি কৌবগে? অশেংবা অমত্তদি তাক-পীরকউ লাইবক থীবা নবুংদা——; নঙগী য়াৱা খোজেল তারগা ঐগী থম্মোয় ইংজগে।" প্রেমিলা ইশৈ লেপ্তুনা "তম্বা কনাগী খোজেলনো, চাওমীগী খোজেলদি মান্দে।" ঐবু শকথঙবু বদি —— ওঃ! মহাক অসি তমগী মীনি। ওইর-মগনি শোয়ব্রে, মহাক অসি কুমারনি।" তফিং তফিং চেন্দুনা খুলগী পাথং তাক্লুরে। ওম্মোক্লসু লাইবক থীদ বসন্ত, করি খোক্লগবা। "হোই" লাউবা চাওমী পাথওশিংগী খোজেল তাবদা "ঐবু চাওমীশিংগী মথুত্তা থবায়সি মাঙবা তারব্রবে?

চেন্জি কদায়, লেপসি কদায়, তৌঙ্কম থঙজ্রবা বসন্ত মঙলা-
ঙুবে তাইবংদা। চৌঙগী হাওয়াগ অত্থু উংদা মীপাইরবা
খম্মাম্লনি হে ঈশ্বর। থৌজানবীয়ুকো। ——'হায় ঙমগী
কুপা নহাকপু কনানো, ঐখোয়গী পামদা লাকপদি পাম'ও
শিংনাও ছয়ানবা লাকপরা? নঙগী যাবা চুম্ন থুম্মু নত্রবদি
য়াইবী নথবাই লৌথোকনি" ——''চৌংগী [illegible] ইনওাখোয়,
ঐহাক পাম্নাও শিংনাও ছয়ানবা লাকপা নত্তে; কনাগুম্বা খরবু
খিরকপনি। নখোয়গী পাম অসিবু ঙাক্লম্বী মুপীমচা অত্তবু
কনানো, কদায়দগী লাপ্পিনো? মহাকী ঈশৈ তাবগা ঐগী
থম্মোয় পোত্থাকম থঙত্রে। অমুক্তদি তাকপীযুগবা ইয়াম্ব-
খোক।"

"হায় নঙনা ঐখোয়গী খুন্দা মী হংবদি নঙগী নখো
করি কৈ? ঐখোয়গী পাম ঙাকপী ইচলগী শৈশক তারগা
কপ্পী বাবীরিবা —— নঙনা মাগী লৈঙ্কম করি নংখো লৈত্রনা
ঙম্নিবা?" ——''ঙাইখো ঙাইখো ইগ্রাম্বখোয়, মহাক অত্থু
হারগম্ব মক্কম অসিদা পুরকউ।" চৌংথক্তুগী লাউথরকপা
খোজেল অত্থু তাকপা বসন্তবু চৌংথক্তা পুখংলি। লৈরম্বিবা
চেম্মৈশিং অত্থু উবদা ঙসিদি ঐগী অরোয়বা মুমিৎ থোক্লবোই
মুংশিরবা মরুপ চন্দ্র, ঐগী মুংশিরবা ইচল প্রেমিলা পুন্সিগী
অরোয়বা মতম অসিদা অমুক্তং উম্লজরবদি ........। ঐখোয়গী
মুংশাইমিম্নৌ হায়বা পুন্সি অত্থু তম্লংদ্রবোইকো মরুপ। ঐগী
মুংশিলরবা ইয়াম্বখোয়, ঐগী অরোয়বা মতম অসিদা নখোয়

খুন্দা লৈরিবী ঈশৈ হৈবী নুপীমচা অমুগী মায়থোঙতুতদি অমুক্তা উহনবীয়ু।" বসন্তগী মিৎলু নাপোম অনিদ পীরাং পীরোয়ননা ঙাওথোরকপা রাহৈশিংছু তারগা করম্বা থাওহুনা লৈগনি ? থঙহৌদনা ঈহৌরকপা পীরাং থাম্বা নংহৌদ্রে। "ঐগী মুংশিরবা মরুপ" — — চন্দ্র চঙশিন্দুনা বসন্তবু চেজেৎ কোনশিল্লে। "ঙাকপীয়ু মরুপ ঐগী ইরালনি রায়োবীয়ুকো। চহি কুমজা কয়া কায়নরুরবদা মরুপকী চেংলৌ শককম লাকশিনবা ঙমজরুদ্রে। "তাম্মো, নচলগী শৈশক তাবদা হয়াও তয়াম্না নোক্নুনা চঙজরকপদি নচলনা তয়াম তরাম ওকহৌদ্রে। লৌশিংথেনবী নচনবু ঙাকপীয়ুকো" তনিরবা খোঞ্জেলগা লোয়ংননা নীংঙমহৌবগী মৈচাক্লা ওয়া থোইনা কপ্পুনা বসন্তবু হয়া হয়া কোঞ্জরি। "ইবুংগী ইবেম্মা প্রেমিলা, তোক্লো তোক্লো কপ্পগনু। ঙসি ইচলবু উজবদি স্বর্গদা মদোম ঙানজবী থাজবু থুৎনা লাম্বা ফংজবগুম্বনি।" প্রেমিলা অমদি চন্দ্রগী মতৌ উরগা চীঙগী মীয়াম অমুসু থম্মোয় শোক্তবা য়াওখিদ্রে। "মতম কুইনা কায়নরুরবা মরুপ বসন্তনা-চন্দ্রগী খোঙ্গুল নীরকপা মুংঙাইরেদা মরুপ মুংশিবা —— নঙ ঐগী মুংঙাইবা মপোক য়োরেদো। অহীং অসি লেন্দুনা অরা পোথারুরসি।"

# মীওৎপী

থ্বাশিগী তক্লবা অহীংদা থা থংবা খুন্দোম্বগী অন্নাংথংবা খুন্দোন ফাওবা নোংমতম্থু লেপ্পা লৈতনা চংলক্লবা মৈরানি। মতম অমদা মৈরা অসি তক্কক-তক্কক শুরম্মী অত্থুবু হন্দক মরক অসিদি অনি অনিত্তমক চংলক্লে। মৈরা অসি উরগা কনাগী থম্মোয়দা মিপাইরোইদগে? অথেঙবা অহীংদা খুন-থ্বাই ফাওত্থনা মৈরা চংলি হায়বা পাউ অসি খঙউ উরক্লবা মীশিংগী মচিন্দগী ভানরে। খুলগী মুপী অঙাংদ নত্তনা অকন অথৌ কয়াম্থু মুমিৎপু তাথ্রবদি য়ুমদগী থোঙকাপ অমা ফাওবা হেন্দোক্লখিদ্রে। অথেঙবা অহিংদা মতম কুইনা চংলক্লবা মৈরাগী মতৌ উরগা মীরা লাইরা হায়বম্থু য়েংনিংবা পোক্লরক্লে। থরনা হায়নৈ "মী নত্তে লাইনি, মতম থরগী মমুংদা ঐ থোয়গী খুল অসিদগী তাম্থোকহৌদ্রবদি খুত্তাক লানশিব থোক্কনি। মহৈ মহৈ ঙাংনবা তোম্বগী নাকোংনম্থু তাবা ফংলক্লে। "থাগৈশেংবম্থু থোক্লবা য়াই। মৈরা অসিগী হাক্তকতা ঐগী ইচা শকলবা চন্দ্রগী য়ুম মৈ চাকলে, প্রেমিদাম্থু থিবা ফংদ্রে ঐনা হৌজিক কল্লি তৌগনি? তোম্ব ঐগী থৌনা পুথোকপা

তারে —— মী ওইরবস্মু লাই ওইরবস্মু মডক্কা নশাগা তোঙান তোঙান তাহনগে, ভমদ্রে তোম্বা ঐগী থরাই মাঙজাখসমু ঈশ্বরগী খোজান্নি" খুদুম চেৎনা পায়রিবা থাঙ অদুগা লো-য়ননা তোম্বা লম্বীগী চিদায়দা ফমদুনা লৈরি।

তাম্না উরম্বা মৈরাদু লেপ্পুনা চণ্ডশিল্পকপনা তোম্বগী মনাক য়োরক্লে, অদুবু মশক অদুদি খঙদবগুম ভোই। মৈরা অদু তোম্বগা পণ্ডথাপতি থাপ্লদ্রে। মী লৈ হায়বদি খঙনরবা, মশক্তি খঙনদ্রিবা তানফমনি। তোম্বা খুদুম চেৎনা পায়রিবা থাঙ অদুগা লোয়ননা হৌগৎলি। তোম্বগী মশক অদু উবদা মৈরা অনি অদুস্মু চপ লেপ্পুনা লৈ। "চণ্ডশিল্পকস্ত মৈরা" খোঞ্জেল অদু তাবদা বা অমত্তা ভাঙদনা মৈরা অমা লণ্ডশিল্পকই। তোম্বনা মৈরা অদু খুন্দুনা—"শেংনা খুম্মু মুপা অনি, নখোয় অনিবু কনা কনানো? নত্রবদি চহি কুমঙন ফারক্লবা মৈরা ভসিদি নখোয় অনিগী অরোম্নবা মুমিৎনি। অথেঙবা অহীংদা নখোয়না কোয়না চৎপদি কান্নবনা কারনো? নখোয়না ভমলে ঐবু হাৎলু, ঐনা ভমলে নখোয়গী নখবায় লৌরগা শা-উচেক্কী চিঙ্গাক ওইহনগে।" রাহৈ অসি ভাবদা তুংথংবা মৈরা অদু কল্লা চেনখ্রে। মাঙথংবা মৈরা অদুস্মু তোম্বগী মতোদা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈরম্মদগী চেনখ্রে।" তোম্বগী তমথীরবা খোল্লাওগা লোয়ননা মৈরা অনি অদু তান্ন তান্নদুনা মঙক ককথখ্রে। মুং-ভাইরেদা, তোম্বা ঐগী নীংবা থুংলে। অমনা মুপাগী শক্লমদা অমুবা কিজেংনা লৈতেংলবী মীওংপী রুহিনৌ। মুপীময়ক ওইরবস্মু

খৌনাদি লৈদকো রুক্মিনী ! অমনা কনা, মসিনা তৌরম্বী রুক্মিনীগী খোঙলোইঁ,। রুক্মিনী ! নহাক্কী নুমিৎ শুববোই । নপোৎ-নয়ন নত্তনা নপোৎ ওইজনিংবা, শেঞ্জাও পায়বা মীগা সঙ্গ তৌজনিংবী । মঙলানগী নয়া নুপা কুমার অহুতংগা য়াওরম্বদি ঐগী কুম্মে নুংঙাইগদবনি । রুক্মিনীগী ভুং ইল্লকপা নুপা নডস্থ মীগী শেঞ্জাও মিকারুবদগী নথারায় মাঙলেদো । মতম অসিদা চন্দ্র লাক্কুনা মমীৎ মক্না য়েংজরবদি কয়াদ নুঙাই-জগবা ! সনা-লুপা, মরল মথুম মশাগী লৈজবদা অপেনবা নাইত্রবা মীওইবনি । থবায়না সংসারদগী বিদায় লৌখ্রগা, হকচাংনা লৈমায়থক্কা লৈহৌরবদা ষৈজ্জা চাউনা শাহুনস্থ পুথোক্রা য়ারোই-দবা ভাক্তনি । মহাক্কীদমক্তা মীৎলু নাপোম অনিদগী শীম্ব্রকপা পীরাং নত্তনা কনানস্থ ভুং ইনবীবকলোই । ইমাতোম রুক্মিনীনা সংসারদগী বিদায় লৌখিবদি নুংঙাইবা শকক ফোংদোক্রবা নত্তনা অবাবগী শকক ফোংদোক্রবগী মতম শংজত্রে । অদুবু কনা-গুম্বা মীওইথবগীদি শংজরম্বা য়াই । ঐস্থ থবায় শোক্না মুং-ঙাইজদে । চেম্বরকরিবা ইচেলসি মতাং অসিমক্তদা লোই-শিল্লগত্রা ?

"কদোমদনো, ভারিবা খোঞ্জেল অসিবু, অহিং তাংনো অথোংবা অসিদা কনা করি তৌনবা য়াওরবনো ?" থূলগী মী-শিং অদু অমমম, অনি অনি থুত্তা চৈতুপ পায়দুনা চেম্থোক-নরকলে । তাম্না লৈরিবা মৈরা অদু উরগা হকচাংদা তুজুংবস্থ

ফাওররে। লেপ্তুবা খোঞ্জেলনি ''মৈরা হাৎলে, মীওৎপীনি মীওৎপী খুল অসি পুম্নিল লিলহল্লি। খোঞ্জেল অসি তাবদা খুলগী মী ময়াম অদু তোম্বগী মনাক তাম্না চেনশিল্লকই। "খুলগী ইচিনইনাও শা হৌজিক্তি নুংঙাইরো, তোম্বা ঐনা অহীং অখেংবদা চৎপা মৈরা অদু ফারে।" তোম্বগী ঈনা লুপ্পবা হকচাং অদু উবদা মিপ্পাইরবা খুলগী অহল্লশিং অদু তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈরি। ''চঙশিল্লকউ ইয়াম্বখোয়, ঐনা মৈরা অদু হাৎলবনি, করি অমত্তা চিংনগনু; য়েংলো মীং খীংনা অদুগা ঐবুস্ত মতিক চাংবা দন্দিপাবিরো।" তোম্বগী বাঙাং তারগা, করিগী দন্দি পাগনি খুলগী য়াইফনবা শিমবনি খুলগী য়াই-ফনবা শীনবগীদমক মনা চাউনা পীগনি। হুংঙাইদ, অরাম্ব পুম্নমক কোকলে। খৌনা লৈদ তোম্বা নঙগীদমক্তা খুলনা লেপকনি করি'মত্তা চিংনগনু।"

মাগী অরোয়বা পুন্সিদা মঙক্কা মশাগা তোঙান তোঙান তারবী রুহিনী কনা হন্না য়েংবদা লৈত্রবীনি। মাগী ফিভম অদু উরগা ইসঃ! হায়নদৎা কনাম্ভু য়াওখিদ্রে। ঈনা লমজাওদু পুমঙাং ঙাওলে। নহান মথৈ মৈরা চৎলি-চৎলি হায়নবা নহাক ওইরেকো মীওৎপী, মতুংদদি উররোইদো মৈরা পরেং। মুপা নঙস্ভু হুরানবা ওকলদুনা রুহিনীগী তুং ইন্দুনা চৎলবোই; নরাম্নবক কৈদ অতো।" খুলগী মীয়াম অদুনা অশিবা মশাদু পোৎলোয়গ্রে।

"পাবুং-পাবুং নচা খুকমজরি' চন্দ্র তোম্বগী মখোঙ কোন্দুনা লৈমায়থক্তা ভুররে। তোম্বা নুপা অতুগী মতৌ উবগা ইঙক ঙকলে। হাঙগী ফিজেৎনা লৈতেংলবা চন্দ্রনি। মাগী ভুংওইনন্‌ লাকপা মচানুপা বসন্তগী মায়থোং উবগা চন্দ্রনি হায়বা খঙলে। "ইপাগী ইবুংঙো চন্দ্র, ইপাবু ঝারোগমুকো। ইপাগী ইবেম্মা প্রেমিলা, করিগী থম্মোয় মুংশুক মুংজানরিবমো ইপানা নখোয়তবু ঙায়তুনা লৈরিবনি। য়েংউ! থাঙ অসি পায়তুনা ইপানা ইচাগী লমন শিংলবনি।" তোম্বগী ঈ তৈরবা থাঙ অতু উবদা ইঙক ঙকলে। "পাবুং ইমাতোল রুহিনীবু হাৎলবা! করিনা পাবুংগী লমন শিংগনি ইপানা পীশক পৌক্লিঙৈদগী হুন্দোকপীরমবদা ইচিন ইনাওবু নাঙকোনবীরকপদি ঐগী পাজলনা লৈরিবা মথৈ পাবুংগী লমন শিংবা ওয়রোই। পুন্সি চুপ্পা পাবুংগী সেবা তৌতুনা লৈজবা পীনবিয়ুকো। "ইপাগী ইবেম্মা প্রেমিলা, করিগী কপ্লুনি। পলেম নমানা নঙবু হুন্দোকলমতুনা নৌনা সংসারদগী বিদায় লৌথ্রবদা নিংবা থুংজদবদো হুজিক্তি ইপাগী ইনাক্তা মুংঙাইনা ননিং তৌনা লৈগদবনি। ইপানা নখোয় অনিগী য়াইফনবা শীনগনি, করিমঙা চিংনগনু।" মতম কুইনা উরুত্রবা মচা অনিনা ঙশি মাঙদা লেপ্লরবদা ৎেৎনজরুবা ঐগী মহৈ য়াম্লে। মপিদগী হেন্না পেনজবা করি অমুক লৈরুগনি। চিংনগনু চন্দ্র, চিংনগনু ঐনা মী হাৎলুবগী ফংফম থোকপ দঙ অতু হরাও হরাও তরাম-তরাম লৌগনি।" "নত্তে নত্তে পাবুং ঝাফম অতু ঐগী ওইজগে। অতুগী মথক্তা ইমাতোল রুহিনীগীদমক্তা

কনানা চোংথোকপীরকনি। অদুবু ৱাফম অসিগী মরীদা ঐ-খোয়বু দন্দি পীনবগী থৌরাং তৌরকদবা মহাক অদুদি রুহিনী-গী লুনা চান্না থমজরিবা কুমার নত্তনা কনাস্ত লৈতে। মাসা তৌরকপা কুমৈ য়েংবা হায়বদুনি।"

মতম চুপ্পদা ফত্তবগী থৌরাংনা লমজিংজরম্বী রুহিনী সংসা-রদগী বিদায় লৌখ্রে। কল্লক মিহৌবা পুম্নমকন্ন হুন্দোক্ল-মদুনা চংখ্রে। অদুবু ময়ামুপা ওইজগে খঞ্জরম্বা কুমার লো-য়নখিদে। মচিন্মনাওগী লৌরি ইঙ্খোল মুনগনি খঞ্জরম্বী রুহিনী-না তোম্বগী মখুত্তা থরায় মাঙখ্রবদা কুমারনা রুহিনীগী লমন শিংগে হায়না লেপখ্রে। তোম্বা ফানবগীদমক্তা পুলিস থরগা লোয়ননা লাক্লে। মতম অসিদ প্রেমিলা মান্নোন্দা ফমদুনা লৈরম্মী। লাক্লিবা মীয়াম অদু উরগা প্রেমিলা অদুবৈগী থৌদোক খরা নিংশীংবগা লোয়ননা হকচাংদা তুজুংবা অমা কাওরক্লি। তৌরবা মায়থোং অদু হুমাংনা মারক মরিক কাং-রক্লে। 'হো তাম্মো' হায়রবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা ইমুংদা চংশিনখ্রে। "করি তৌরে প্রেমিলা" হায়না য়েংথোরকপা মায়থোংনা কুমারগা মিৎচায়রুরে। করিবু তৌরগবা খম্মো-য়দন্ন মওন মওন খল্লক্লে। ময়াম্না ঐগী য়ুমদা খোংশানবী-রকপদি করি থবক্তী ওইবীরবনো?

'চন্দ্র ঐনা নখোয়গী য়ুমদা লাকপদি নহাক নশানা ভাব তাত্রিবরা? লাক্লিবা ময়াম অসি মীহাৎপা ফাবা লাকলিবনি চাংতে হায়দুনা চেনগেরা?" কুমার মমিৎ অদু চন্দ্রদা শংত্রিক

য়েংলগা খুন্নকপা থগ্মোয় শোকপা তমথীরবা য়াহৈনী।

"কনা নোক্লিংবা বানি কুমার, ইমাতোল রুহিনী শিরগা ঐগী ইথক্তা কেস। মতুদি ঐগী ইথৌনি।"

করি চন্দ্র নঙনা ঐবু ফাবা?

করি হায়না ফারোইদনি ? ঐগী ইচল মুপী প্রেমিলা মশুংলাংগীদমক্ত নঙনা রুহিনিদা পৈশা পীতুনা ইচল মুপী মুনগে য়াদবদগী থোকলিবা থৌদোক ঙাক্তনি । মুংঙাইরেদ কুমার নখোঙনা থোংনা নমঙ থিবা লাকলেদো । করিম্নু লৈত্রবী মুপীমচা অমগীদমক্তা অতুক তমথীবা পুকচেল চেন্নবদি—— সমাজদগী করি তোংজবা কংই।

"ইবুংঙো চন্দ্র তুমীন্না অমুক্তা লৈখো, য়াকম অতুগী অতাবী কোর্ট য়োরগা মরাইনা খঙজনি । তোম্বা অমন্নুং বসন্ত পুথোরকউ" আইঃ ওঃ অতুনা হায়রকই।

"সার থৌদোক অসিগী মরমদদি তোম্ব অমম্নুং বসন্তগী মখৌ লৈতে । থৌদোক অসিগী মরম পুন্নক ঐগী ইথৌনি।",

"কনা লৈ চন্দ্র অসি মথুং পুনশিল্লু — —„ আইঃ ওঃ অতুনা হায়রকই । পাজল শোনবী মুজাগী মপোক্তা পোল্লবী প্রেমিলানা মবুংগী মতৌ উরগা হিক হিক কপচবা নত্তনা উম্মায় লৈজখিত্রে । মচনগী মতৌ উরগা করিগী কপলি অপংবী ঐবু কনানা করি হায়রগে — পুঞ্জসন্নু ঐগী ইথুং মুংঙা-ইনা লৈখোকউ ইচনসিদি । "বসন্ত বসন্ত পাবুং কৌরুগো মুদনী অহল্লমন পুন্নমকম্নু মফম অসিদা লোয়না কৌরকউ।" চন্দ্রগী য়াহৈ তাবদা হাথু হাথু চংথি ।

# ঐ শানি

"কনানো চন্দ্রবু মথুং পুন্দুনা থম্লে হায়রিবা মুপাদো, অঙম্বা কনাগী থৌদানো হৌজিকমক থাদোকউ। পুলিসশিং অহুনা হন্না য়েংথোরকপদদি মশিং লাকতমন্দ্রবা খুলগী মীয়াম-শিংনা খুত্তা য়োংখোক তেনখোক চৈত্থুপনচিংবা খুংলাই কয়া-মরুম পায়তুনা লাকপাদু উরগা থম্মোয়দা মীপাইবা অমগা লোয়ননা চন্দ্রবু থাদোকই। খুল অসিগী থোক্লিবা থৌদোক অক ফত্তগী য়াফম খুল অসিগী থৌনাম্ন লৈ। করিগুম্ব য়া-খোক লাম্হোক অমা খুল অসিদা তৌরবদি খুলনা য়ায়েল্লগ য়াফম খুদিংমক খুলনা লোয়শিল্লি। য়ারিবামখৈ মতুংদা অমুক থংন চৈনদনবগীদমক মশা মশাগী মরাল অহু চুমথোকহং-লগা মথোয়বু ডাকপী, অহুগা খুলনা খ্বাইদগী হেন্না ভমথিবা থৌদোক্তি খুলবু ওংনৈবা হুরান চিঙ্গীগী মী অহুত্তবুনি! মথোয় অহুদি খুলনা অরুম্বা দণ্ডী পীহুনা জেলদা থমননবগী থৌরাং খুলগী মথৌনি। মরম অসিনা চন্দ্রবু ফাফম থোক্তে, তোপ্পবুম্ন দণ্ডী ফংফম লৈতে। য়াফম অসিগী থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক

অতৈ কনানস্থ নত্তে, কুমার হায়বা মুপা অসিগী থৌইনশি-ন্দগী থোক্লিবা ভাক্তনি। তোম্বদি খুলগী য়াইকনবা শিনবনি। মহাক্তী মরাল লৈতে। কুহিনীবু হাংপস্থ খুলগী প্রজানা চাংপনি। কুহিনী অমস্থং কুমারগী হৌখিবা থৌদোক খুলগী অকায়বা তৌখিবা হৌরম খুদিংমক পুলিস আইঃ ওঃ অদুদা শুপা-ইনা খংহন্দুনা কুমারবু দণ্ডী পীনবগী রাকম অসি লেপ্লরে।

"কুমার কুমার" কৌরকপা থোঞ্জেলগা লোয়ননা মুপা অমা খুল অশোমদা চংশিল্লকই খুল অদুগী মীয়ামগা লোয়ননা থোরক্লবা কুমারগী মশক অদু উবদা মুপা অদু থরা হয়াওবৈ অদুর, তুংদস্থ পুলিস থরা লাকপাদু উবদা "করিবু তৌরবনো মাগী মতৌ অসিগা করিগুম্বা অমদি তৌরম্লগনি হায়রবা অশিনু চিংনদবা ওমদে। থাবৈশেংনস্থ কুমার পুলিস শিং অদুগী মাং থানা মখুৎ তুংবুননা লাক্লী! পম্বা লৈতনা চংশিলক্লবা মুপা অদুনা কুমাগী মফমদা। হায়কম তৌকম খংখিদ্রে মুপা অদুগী মমি-থদি মপি অরেপ্লা লৈতনা চেম্থরকপগা লোয়ননা তফিং তফিং রায়নি হায়রোই খংদনা পাওদমজরি। কুমার কুমার নংবু করিতৌরবগে চংলশি লাকও য়ুমদ। ঐনা নত্তোন্দ কল্লা পাওদমশিংগবা —— করিনোনে ইয়াম্বা করি তৌনবা য়াওর-বগে নংনা অদুক ফিংনা লাক্লীবা অদুবো' চংনা চংনা অম্লম বাবি শরকপদা খুল অদু তাম্লা লৈহৌরে।

চাওরবা পুথি অমগী মনাক্তনি, মী থরনা কনাগুম্বা অমবু সংস্কার তৌহনা লৈরম্বী। অহল অমদি মশম মনা ইকা বা

ইপাগী ইবেম্মা, ইপাগী ইবেম্মা হন্না হন্না কৌহনা লৈমায়থক্তা ওন্না থোইনা খাং'ল। নৌনা পুন্সি কেমহনা যৌবন পুন্সিদা ঈহৌ ফংজরবী মচানুপীনা সংসারদগী বিদায় লৌখ্রবদা অঙাওবগী পান্দমগুম লৈহৌরবা মপানি। তাঙ্গা অসি মক্তদা মচল শিবগী পাও তারবা কুমারনা পুন্সিসশিং অহুগী মফমদগী তাইহাক্তী বিদায় লৌহনা চংলক্লে। মচা কায়নরবা মপাগী মতৌ উরগা কুমারনা মপ'বুংগী মথোং কোন্দুনা "তাকপীয়ু পাবুং নচাবুং খোকথ্রবা থৌদোক থুদিংমক ওক্ত্রবা নচা ঐগী ঈরানিনি।" কুমারগী মতৌ উরগা ইচানি হায়নিংখিল্লে। মহাক থৌদমক পুন্সি লাম্নন ওইহনা মমাম্বু সংসারদগী বিদায় লৌখ্রবা ঐবুম্বু মুমদগী তান্থোকপীহনা লমহাংদা চহি কুমজা কয়া লেপ্লুরে। ইরল ইথুম পুম্নমক মহাকথক্তা থুমহনা লোয়রবদা করিগী অমুক ঐগী থগ্মোয়না ইংক্ষম লৈরবগে। খম্ব খম্বক্রুরগা অশাওবনা মাংতইনরক্লবা মপাবুং অহুনা কুমারবু হন্না ফাওবা য়েংবীদবা মখৈ ইন্থোরক্লে।

সংসারদগী বিদায় লৌখ্রবী মচলগী চেংলৌ শক নিংখিনা উবা ফংজহৌরবা কুমারনি। পলেম মমানা সংসারদগী বিদায় লৌখিবা মুমিৎ অহুদগী নোংমতম্ব তামো হায়না কৌখিদ্রি। হুরাও মীনোক তমহনা শেৎন — থাইনা চাঙহৌরবী ইচলনি। লম্ফেম পাংতা শাংপী কোম্বীরৈগুম, নারক্তা শাংপী লৈরাংগুম লোংলুরবী ইচলনি। নোংমতম্ব মমান্নবী ময়ামগী মরক্তা তিন্দুনা নোক'খেনা শান্নগা ফংজ্রবীনি অরাবা কয়ানা মুংতাইবা

শরুক য়ারবী কপ্পতনা থম্মোয় মকা লামজহৌরবী ইচলগীন্নু যৌবন পুন্সি শরুক তমত্রবোই । পুন্নমক অসি কনাগী মরা-লনো ? রুহিনী মাগী নরাল্লা। নত্তে পুন্নমক অসি ওক্ত্রবা শাগী লিচং চংলবা কুমার ঐগী ইরালনি । মাম্নি থাঙ্গশেংবন্নু ঐগী ইরালনি । য়ারবা মতমদা উপায় লৈত্রবদি মশাগী য়রাল চুম-থোকচবা মীওইবগী হৌনশারা ? মাবু পোকপা পন্থোনা ইম্থোক-পীরবন্নু মচলগীদমক্তদি থম্মোয় শোক্ল তেংথাদবা ওমজদে । পুন্নমক অসি মুন্না থম্বরুনবগী মতম নংদবগুম মজ্জগী লেপপো থুন্নবা মৈন্নুংদ কুমার চোংশিনখরে ।

"করিনো, করিনো !! তৌরিবা মতো অসিবু করিনো? ময়াম অত্থু ফুক ফুক হৌগক্তুনা ঈশিং চাইশিনবা য়াও শিং ইম্বা য়াও মৈ অত্থু মুথংনবা হোৎনরি । মীকুপ অমত্তা কান্নদবা মথৈ চংশিলক্লবা মীয়ামশিং অত্থুনা কুমারগী মথবান্নদি কনবা নংহৌত্রে। মাবু পোকপা মপাবুংদি অরাবগী মথক্তা অরাবা ওইহৌরে । হিংত্থুনা লৈহৌবা মহাক্ত থম্মোয় লাই-মন ওইজহৌই । অঙকপা থোদোক্লী ময়াম অত্থুন্নু তিঙক তি-ঙক য়েংত্থুনা লৈরী । চুথবীয়ো হৈথবীয়ো কুমগী নোং অসি-গুন্নবা সংসারগী আরাবা পুন্নমক অসি চামথোকপীরো । পুবি-থরো অঙম্বাশিং মশাগী দণ্ডী ফংলবা মুপানি থাংজিনবীয়ো মথোংদ ঝিঙ্গুর, শিজিনবীয়ো সনাগী খুজি, পুবিথরো বন্দী লো-য়শঙদা থম্বীরুরো কনা উত্রবা চেক্লী পোনন্থুংত্থুদা পিজরুরো পীজ-নিংবরা উহৈ কয়ান্নু । করিগী তিঙক তিঙক য়েংলি থবায় য়াওবা

হক-তং পোলাংনি খল্লবরা ? মশাগী মরাল লৈবা মী লেমনা থাবা হৌনদে। মচানা পুবা ভেমদ্রবা পোৎলুম মচানা শিরম্বা সনাগী লিক্লাং পরেং মপা ঐনা ফংবা হৌনৈ। মপাগী মরল মথুম মচানস্থু ফংফম থোকই। ইচা অতুবা ফংবা দগী অহুদি মপা ঐনা ফংবা য়াই! ইচা থাংলম্বা খোংগী ঝিঙুর ভকসমগী য়োৎহিলংস্থু হুকচিনবীরো ঐঙোন্দ। অঙাওবগী পান্দমনি মপা ওইবা মহাক্কী মচা কায়নবগী মৈনা !!

## চোৎলবা মিস্না

মতম কুইনা কাইনখ্রবী মেম্মনি। মহাক্কী মরা মপাও করিমত্তা তাবা ফংখিদ্রবদা চন্দ্রগী যৌবন পুন্সিদা অনৌবা ঔথক অমা হৌরকখি। মতম কয়া পোক্কবী মমা রুহিনীগী ওৎনৈবা থাংডুনা হাওখুন্দদা লোৎলুবা, মেম্মনদি খংবীরোই চন্দ্রা মাগী অরাবশে। শাবী শানৌ ওইবগী যৌবন পুন্সিদা ইহৌরকপা চৈথেং অমনা খোয়দাজরুই মুজা ওইবী মহাক্কো।

মীরৈবাক্তা চৎত্তুনা মুংশি শকথংনরক্লবী মেম্মনি। চন্দ্রা মানাদি মুজাগী নিংবা থুংহল্লমত্রে। তম্মীরমত্রে নিংশিং খদোল ঐনা মাবু থিবা ফংখিগত্রা? নোংম মোংমগী হেনগৎলকলিবা চন্দ্রাগী থম্মোয় মৈচাক কনাদবু ফোংদোক্লুনি।

নোংমা চন্দ্রা ইম্ফালদা চৎলুবদগী হল্লকলমই কনাগুম্বী মুঞ্জা অমনা কাফৈ কাফৈতমক চৎপা শুমলিবী নম্না অম্না খুংশমহুনা লাকলি। মশা মউ তনাল তনাললি। হেকউবদা মশক অতু ইংনা নিংথিজবীনি। অডাং অতু অমুকস্তু পমত্তুনা চৎলি। মুপী অতুগী মায়থোংহু হেক উবদা হকচাংদা তুক্কুংবা অমা পোকই। মশক্কু লাকশিনবদা খরা রানাম্র থোকলে। মহাক অসিবু মৌরা লৈশাবীরা হায়বদা চিংনিংঙাই ওইবা ফিভমনি। হায়ক্কেৎ য়েংলুরবদি হৈশাবী মাল্লি। মুম্না য়েংলগাদ মৌনি হায়বা মখংই। হম্না য়েংথোকউব মিয়েংদা মুপী অতুগী মায়থোংগা মিৎচানক্লবস্তু রাঙাংনবা ওম্বগী পাঙ্গল পুম্বা মাংখে। মুপী অতুনা চন্দ্রবু মুম্না য়েংলগা থোংখাং অতু খরা শোম্বনা চৎলি। য়েংলনুসি য়েংওমদে কৌশি হ'য়রা কৌত্তমত্রে ইকাইথিবী মুজাগী মপোক্তা পোক্লবীনি, চৎথি মিৎচিনা হায়ফৎতং য়েংলমলগা। নৎত্রবরনে মহাক অসিবু মহৌশা ঐগী মেম্মা!! ওইরম্নাবস্তু মহাক মপুরোইবা অমগী শেবা ফংহুনা লৈখ্রবীনি। মফম মতম চাদনা করম্না পুহং পাওহংলুনি। 'মহাক থাঙ্গৈ শেংবা মেম্মনি। মম্না মপাগী য়াথং ইনখ্রবী সতি ধর্ম্মবু ডাক্লা চৎলবীনি। ঐগী খমোয়নদি কাওত্তমক্রিদো

মতম অমা কলেজ অমতগী ক্লাস অমত্তদা ফমমিনল্লুনা লাইব্রেরি তম্মিনরকপা মতমদু ঐনাস্ত মাবু মানস্ত ঐবু.........। স্নেহকি করম্না পুংং পাওহংলুনি। ঐনা মাবু নিংশিংলুবগী কান্নবা করি ঐগী লাইবক্তা তমদ্রবা মমা মপাগী য়াথং তাকথ্রবী, সুকি ধর্ম্মবু মুপী ওইবীগা অথোইবা লননি হায়না খনথ্রবী যেম্মবু মিৎকুপ্তুনা য়েংজরি। য়েম্মনা তুংহন্না য়েংল য়েংলগা চৎখিবা চন্দ্রবু শকথংদবস্ত নত্তে। নুজা ওইবী মপোক্তা পোক্লাবী মোগী শিংদা চংনথ্রবীনি। করি ৱাহৈনা পাওমেল্লুনি মতমদু হেনখে খলহৈন্নবা ৱাখলনি খল্লুরগা মাগী শর্ধম্মিনিবু থুগাইবা ভাববনি। মশিনাদ সমাজদা লেমজক্ষম লৈতে।

তুফক তুফাই চল্লবা চন্দ্রসে চারক থক্লক্তবনা সুমিৎ মশিং য়ামশিলক্লে। মতৎ মতৎ হোনবা শরনা পোথাকম থংত্রবনি। প্রেমিকা অমা ওইবগী থম্মোয় নুংদাস্ত নিংশিংদবা তমক্ষদে, করম্না কোংদোকলুনি মচল মুপী প্রেমিলাগী মকমদা। মচ লগীদমক্তা থন্তক্লরগা থোয়দোক হেম্মোক্লা পোথাকম থংত্রবা চন্দ্রনি। মবুংগী মত্তো উবদা মশম মনা ইকা ফা অত্তাওবীগী পাং-ল্মমত্তম অহিং মুংথিল চুম্নদ খুম্না লুখুম শেল্লত্লুনত্তা লৈরবী প্রে-মিলানি। মিৎলুনাপোম অনিদা পীরাংতনা চোংলবস্ত থোঙ্গেল থোক্লা কপ্লুদে। তোম্বাগী উপায় করিনো সিনি হায়রকম থংজত্রে।

নোংমা নোংমগী হেনজিলকলবা অনাবসে শোকচিলকপা ফিভম্না থম্মোয়দা মিহুল লৈরি হাপ্লবতা মত্তাইরে। "ক্ষমত্তা

বসন্তা ঐগী খাংওমত্রবা অৱা মৈচাক অসিতদি মুৎথৎপীযুনে অমুক্তা ।” “ঐগী মরূপ মুংশিবা করিগীনো নংনা থম্মোয় অহুক শোল্লিবা হিদাক অসি থকউশে । সে ভাইহাকদি কমউসে, করম্বা ৱাখলগী চৈনানা করিগীদমক্তা মিৎলুপীরাং শিন্থকনি। নংগী দমক্তনি ঐনা লৈরিবসি নং করিমত্তা ৱাগম্ভু সে হিদাক অসি থকহসে” — “নত্তে নত্তে বসন্তা ঐগী অরোইবা পুন্সিগী মিকুপ্ত ঐগী নিংজবা অসিমতং …… ‥ “করিনোনে মরূপ ?”

“করম্না কোংদোকসিগে চিন্থাল থোংদদি কোংওমদনা অমুম তোক্লাগত্রা ? অহুবু মরূপ ঐগী হকচাংনা নোংমা নোংমাগী শোন্থরকপনা তাইবংপালসিদা লেপ্পা চর্মাথগনি নিংত্রে । করিনা লমন শিংগনি লাইরবগী খুদোলদি মমল য়াওত্রবা খুদোলনি লৈমায়থক্তা চোইশ্লাইনরগত্রা ? অহুবুনে মরূপ সংসারদা মা-গীনি হায়বা কনা হন্না ম্লেংবদা লৈত্রবী পলেম পম্বোগী চেংলোবু শথওহৌত্রবী লাইরবগী মচল লাইরবী লমজা নুবী প্রেমিলাসিতদি খুজেং পালোইননা পুবীয়ু, নংনা চৎপা লম্বীদা। “ইবুংগী ইবেম্মা প্রেমিলা প্রেমিলা” হয়না মালেমথক্তা পুন্সি য়াহিপ তানখে,

শিন্থরি পীরাং শিন্থখিনি থৱাই য়াওত্রবা হকচাংহু চেজেং কোন্দুনা। নিঙাইদনা ৱাতারি থৱায় য়াওত্রবা হকচাংহু মালে-মথক্ত । থমোয় শোক্লা ঙেংথাজরিবী প্রেমিলাগী চিন্থাল থোংদ-দি “তাম্মো তাম্মো ।” মিংস্ন, থম্মাল অনিদদি কংবা নাইত্রবা মিৎকী পীরাং শিন্থরি লৈমায়থক্ত লেপ্পা লৈতনা ।

মালেম থক্তা য়াহিপ, অঙোবা চন্দ্রা থক্তা থন কল্লবা উক্রোংথক্তা পুন্সি য়াহিপ তালিবা তামো নচলনা তোয়না তো-য়না কোবসে অমুক্তাদি "ইবুংগী ইবেম্মা" হায়না খুম্নকউনে। থাম্বা মৈশা মুংদা লেমলৈ ওাশুম ওম্না থোইনা থাংবদো লাইবক খিবী নচলদি তোর্ব্বানগী লৈঙোই শেক্তা মথক্তা। পূবী-য়োনে ঐবুম্ন খুৎসমননা স্বর্গগী লাইরৈপাক লমদমতুদা। পো-কপা শিব নাইব তাইবংনি অত্থবু লৈজনিংত্রে মিনোক চাওবা তাইবংসিদা। নচলবু কায়াম কুইনা কাইনা মৈশা লাংদুনা তাই-বংসিদা তিনখিগদগে। হিক্লা তেংথা নাওই শম্লাং ইষা ফা মুজাগী মিংগু পীরাংদি বসন্তগী ফিজিদা .........।

*মানগী লেংলেবা য়াইথোংগুম ওাম্মুবদাই নংল*
*য়োম খংনা লৌরখো চংখিগু তহা তহা*
*ঞিবদু লানবীম্নব নংদি থোজালে হৈবীনি থম্বীমগু মহাক্তা*
*নিংবা কাইম্নবা থমোয়না শিগ্নখিগদ্রা পীরাং ওমিগু*

*লোইম্নবা*

# লমথুংক্ষম লৈত্রবা লৈকংলমদা

## উপন্যাস কোংজরনি

,‘মনিং তম্বা ওমদবা পুন্সি ঈচেলসিদা, চৎকদবসি ওম্মোক্লা লুখ্রেদা। নিংগনি তৌগনি অওম্বা থৌদাং কয়া থংদনা অথং শাদুনা। মফম মতম ফিবম্বা খুত্থমচনবা তাইবংনি কনাস্থু থংলোয় থংকমস্থু থোকতে। থংলবদি ‘হংবগী মহাও ম্লাওব্রে কম্নিনা তাইবংসে মায়াগী ঈপোক্লি ”।

মায়ানা পুনবা হৌনশা লম্মূক্লগন্নি মীওইবা। রোহিনী-কুমারগী থম্মোয় ফিবম্মা পুনখ্রে, নুংশিবনা মীরাইবিরবা নিংবা কায়রবা পুন্সি, নৎত্রগা লৌনম্মীরম্বনা খাংবা ওমত্রবা থম্নায়না হকচাংদা নিরি বিদায়। থংজত্রবী লানজত্রবী রোংমালানা কয়ারক হায়জখি। রোহিনীকুমারগী থম্মোয় মুওদগীস্থু হেন্না কনখ্রে। তত্থুবু অরোয়বা মীৎকুপ্তা রোমোলাগা উন্নাখি। ভিংলবা চন্নবা চেৎলবা নুংশিবগী ফুইনা লোনবা খাংওমত্রবা প্রলয়গী মৈশারক্ত ওন্থোয়না খাংলবা রোমোলাগী চমন্নমা রোহিনীকু-মারগী অয়াম্বনি। মপূরোইবা লৈনা লৈলা মীরান মায়য়োক্লবী মনম্মা পিয়ারীনা হুনন্দোকপিখি। স্বর্গ পাতাল ওম্থোক্লখি। অত্থুবু মতম হেনখ্রে — রোমাবু কনবা নংহৌদ্রে। রোহিনী-কুমার নিংওমদবনা চাকখি। থোওনা পুবা মায়কৈদা। হাংলবা পুক্লিংগা লোয়ন্দনা ময়ুম থাদোকখি। সহরগী নিনথোংবদগী তান্না চিকলবা খুঙং অমদা অঙাওবত্থম লেনখি। মমৈথংদা শর্ম্মিলাগা থেংনখি। অমুকহন্না শর্ম্মিলাগী হোৎনজমন্না রোহি-নীকুমারগী পুন্সি পূরকখি।